ঐগী মিং তারীংদে ইমা
( ১৯৮৪ – ১৯৮৬ ইং )

অহানবা ফোঙবা অক্টোবর ১৯৮৬
শ্রীমতী হৈক্রুজম ওঙবী স্নমতি দেবী
কৈশামথোং হোদাম লৈরক, ইম্ফাল ৭৯৫০০১ না
ভী আই পব্লিকেসন্স, ইম্ফালগীদমক ফোঙবা।

কপি মশীং ১০০০
মখুম / রনজিৎ নিংথৌজা
নম্বা / পদ্মা প্রিন্টার্স, পাউনা বাজার, ইম্ফাল ৭৯৫০০১
মমল / লুপা ১২.০০

---

অইবগী অতোপ্পা শৈরেং লাইরিকশিং :
১। চেকখাইরবা মালেম (১৯৮৪)
২। পৃথিবীগী রা (১৯৮৫)

## ৱাহৈ খরা

পুথোকচরিবা লাইরিক অ নৈ ঐহাক্কীদি অহুমসুবা শৈরেংগী খূদোলনি। ইবা হেক হৌরকপদগীসু শৈরেংতনা খিৎ নম্না ইজখি। কবিনা, কবিগুম্বদা কবিগুম্বা ঈথিল অমদগী ৱাহৈ অহুম মরিদংগী চানবে খল্লবা চরোং অমত্তং খংফং ফংলকপদা মতুংতবু চোযনা ঙংনীংলুবা, ঙংতুনতা লৈরুবা তত্তনা থোকখি। অতুগা কাইনথংদনা ইথোক্লগদদা ঈহুল অতু নেমথখিবগুম্বা অমা।

ইজখিবা খূংই অযাম্বা তোঙান তোঙানবা থোদোক ৱাথোক কযাদা যূম্ফম ওইরগা শাগংচখিবনি। তশেংনমক তাকচবা ফোংদোকচবকাদি ঙম্বা নত্রে। অতুবু ইনীংমন্দুনা, যোংনীংমন্দুনা লীঙম লাকঙমদবা অমদি হেক হেক থেংনখি।

থোইদোরসু ইতেন তেন্না ৱাহৈ খবতদা মতম ইমাঙ মাঙহন্দনা হায়নীংবা খবা হাযদোক্লকপা কনাগুম্বগী শৈবেং পাকরগা হায়নীংঙাই লৈতনা ঙকখি, হবাউখি।

অদুগুম্বা খূৎইদি থকসু ফোংনা পাগন্দে। লৈদুনা, ৱাযতুনা, মফম মরাং খঙদবা সুব্র অমা শাগত্তুনা অচৌকপদা ইতোম্মতা হুন্না হুন্না পাক্লবা, ঙংলুবা, হেক হেক তৌরকখি। তশেংনমক হাযবা যাই কবিগুম্বদা কনাগুম্বগী খোযদাজরুবা শৈরেং অমনা উপন্যাস অমা পাৱদা চঙদৌবা মতমদগী হেন্না লৌখরম্বা।

তেন্না চন্না হায়জরবদা, মও, অমত্তংদি হায়তুনা রাহৈ মরি মরিনা শাবগা প:রং মরি মবিদমুক লেপ্তুনা স্থগ্নগী ষ্টেঙ্গা মগুাদংগী ওইবা শৈবেংগী শক্তম অমা শাগৎলকপগী মওংতু লাইরিকসিদা উবিগনি।

অবোইবা ওইনা লাইরিক অসিমক মপূং ফানবা হোৎনবদা চিল্লবা মতম কাইথোকপিতুনা, রাহৈনা ফোঙদোকপা ঙম্রবোইদবা ইতেং পাংবিরকখিবা অমসুং প্রুফ পাবিখিবা শ্রীথাংজম ইবোপিশক অমদি শর্ব্বশ্রী ইবোমচা, রাধাকান্ত, প্রেমচান্দ, রনজিং নিংথৌজা (লানচা) অমদি পদ্মা প্রিন্টর্সকী থৌপুবিবা মীওইশিংবু ঐনা নোল্লুকচরি অমসুং তৌবিমল খঙবা উচ্চবি।

লোযননা মণিপুর ষ্টেট কলা একাদেমীনা লাইবিক অসি ফোঙনবগী শেলগী মতেং থবা পীবিরকপগীদমক্তসু একাদেমীবু থাগৎচবি। একাদেমীদা শেলগী মতেং লৌনবা থাগৎখিবদা লাইরিক অসিগী মমিং 'লৈপাক্কী লৈ' হায়না লৈখি অদুবু 'ঐগী মিং তাররাংদে ইমা' হাযবা অসিদা ওন্থোকচরে।

ওক্টোবর ২১, ১৯৮৬ নন্দ হৈক্রুজাম্না

ইমাগী মফমদা
কচ্চবি

নন্দ হৈক্রুজাম্বা
১।৮।৮৬ ইং

# য়াওরিবশিং


১। মীংশ্নাদা নপ্তুনা যেংলক্লে ১
২। ঈশৈ অমহুং রাখলবুদি নঙনা ২
৩। অমত্তা ওইদরা পাউখুমদি অরোইবা ৪
৪। 'নোংমগী চানাবু হূনি' হাযরবা ৫
৫। ঐগী নিং তাম্নীংদে ইমা ৬
৬। খোঙনা চৎকনি ইমা ঙসিদি ৭

৭। উনক্লে ঈথক অমত্ থৱায়গী ৮
৮। ঈবম্না থন্নবা চেবাং কযাদা ৯
৯। ইমা থেম্বিযু ৱাখলসে শাউরে ১০
১০। অসিননি মীওইবনা অচীকপবু কোল্লিবা ১১
১১। থম্মোযসে নচাগী তযাং তশোইবা ১২
১২। অনীদা ওইনা ঈশ্বৰনা শেম্বিবা ১৩
১৩। হাযযু ইমা নহাক খঙবৰা ১৪
১৪। নত্রগা লম্বীগী খুদাবা থাউমৈবা ১৫
১৫। ঙসিদি কোযকবে পৃথ্বী থুংনা ১৬
১৬। পুবিরো ইমা ঈনুংগী লম্বীদা ১৭
১৭। নিজবনি নীংহনা পিবাংগী মহুত্তা ১৮
১৮। ওইরিনি হুন্নকপা পম্ভৌনা অহীংদা ১৯
১৯। চীংদোন্দো পাউখুমগী থিনবিযু অমুক্তা ২০
২০। চীংদোন্দা হৌবা উজাউ অমদা ২১
২১। করি কান্নে কপ্লৱগী তাইবঙনা ২২
২২। 'মসে মৈগী চীংনি' হাযনা ২৩
২৩। মাল্লমগনি হাযবা নঙ্গী নচা ২৪
২৪। নঙবু নীংশিংজকৱগী মীৎকুপ অমত্তা ২৫
২৫। যংজবনি নঙনা নীংজবা কন্দুনা ২৬
২৬। থারো ইমা ধূপ থম্মোযদা ২৭

২৭। শাংলোবা রাহৈ থবোগুম লাঈজদা ২৮
২৮। শান্নবগুম্না উরি পীক্লিবা অভাংশিংনা ২৯
২৯। ওলহল্লো লৈরাংগী পরেংদো হুংশিবা ৩০
৩০। যাবলোই লৈবনু নডবু তুমিন্না ৩১
৩১। ভাক্রুনু হেক্তা ভখঙবা শাহুনা ৩২
৩২। কযা যান্নবগে হিংশিন্নবা পাম্বা ৩৩
৩৩। থাজসে উবগা অহৌংদা কোযনা ৩৪
৩৪। নৌদিযু রাবী তক্লি অভাংনা ৩৫
৩৫। রাহৈ অসিদা ঐনা যোংলিবা ৩৬
৩৬। ইওন ওন্নবে পল্লেপফম খঙদনা ৩৭
৩৭। ঈংহনগে পান্দমদা চেনশিনবা মালংনা ৩৮
৩৮। কাউথোকই 'সিদদি কাউথোকপা হৈনা ৩৯
৩৯। হে কবি নঙ্গী রাহৈদা ৪০
৪০। ঐনা শাগৎলি থম্মোয অমা ৪১
৪১। নকননবনা মাঙগ্রবা যুমগী অঙ্গংবা ৪২
৪২। খংহনগে হাযহুনা তাইবঙগী হুংশিবা ৪৩
৪৩। খন্দংনা হংলকই রাহং কযা ৪৪
৪৪। হাযদ্রি ঙসিফাও খাম্লশি মান্ননা ৪৫
৪৫। শক্লবে তাইবঙস্থ থৌদাংনা লাইশোনগুম্না ৪৬
৪৬। মতম অমা লাকখিনি ঙাইযুদা ৪৭

৪৭। যৈ ফৈ শেগাযখিবনা হেন্না ৪৮
৪৮। লেপ্তবা যারক্তরে ঐ নফমসিদা ৪৯
৪৯। ইশানা ইশাবু ইশক খওজদবা ৫০
৫০। ফিদে কনামত্তা ঈশ্বর নত্তনা ৫১
৫১। হাযনৈ খঙনৈ মীৎযেংসে য়েংলগা ৫২
৫২। কবম্বা মতমদা মীৎযেংসে মান্নবা ৫৩
৫৩। অশাউবিনি হাযরক্কম্বু ঐঙোন্দা অপঙবা ৫৪
৫৪। ঙন্নোইদৌরি মীওই অমত্তম্বু উন্নরম্বা ৫৫
৫৫। ৱাদে ঐ ৱাদে করিমত্তা ৫৬
৫৬। হাযকরে ৱাসে হংহৌদনা হাযহন্নীংদরা ৫৭
৫৭। জগোই শাবীদো উরি মীৎযেংনা ৫৮
৫৮। লৈরাং পাম্বী থাজরম্বনি ইমা ৫৯
৫৯। ঐদি মীচুনি চেদা হুন্নীবা ৬০
৬০। অইবা উইল অমগী মন্নুংদা ৬১
৬১। লৈ ৱাহৈ কয়া তাঙলবা ৬২
৬২। ঙসিদি পুন্দুনা থমগনি নোকনীংবা ৬৩
৬৩। বনানা হায়রিবা কয়া যাম্লবা ৬৪
৬৪। নুং ঙাক্কনি তারিবা তোর্বানসিদা ৬৫
৬৫। লৌদবা থূংসিদা কনানো হাপ্লোবা ৬৬
৬৬। ইমাগীম্বু ইমা শরুবী ইমা ৬৭

৬৭। মুংশিনা জগংপু অনী শুদ্রবা ৬৮
৬৮। হংলুই ঐনা নোংমা অঙাংদা ৬৯
৬৯। পাইখিহ্নুনা যাঙনা নঙোন্দগী লাপ্পা ৭০
৭০। অঙাওবনি ঐ নোক্লবা যাদবা ৭১
৭১। হীংগুম তাঙলক্কনি পান্দোংসে লাইরবা ৭২
৭২। কবিতানি মত্থু ঐনা থিবিবা ৭৩
৭৩। কৌবকখিন্ন ইনা লাকখিরোই নচা ৭৪
৭৪। কল্লব্রগা লোইবেদা পুন্সিদো পোত্থাখিদ্রবা ৭৫
৭৫। অনীদগী হেন্না শরুক্না ভাগ্রাইদবা ৭৬
৭৬। তান্নুকো উনাগুম অথোবা ময়াদা ৭৭
৭৭। খোঙ্গুল কযা কযা লোনশিল্লবা ৭৮
৭৮। তম্বিগ্রবা পাডানি মসে কনানা ৭৯
৭৯। খঙদে হৌনবরা মসে ইবদা ৮০
৮০। লাম্লোবকখিবা পন্দো ৱাংনা চোংহ্নুনা ৮১
৮১। ফম্মুনে নঙবু মাগী মনাক্তা ৮২
৮২। বৌবগুম তাহ্নুনা লম্পাক্কী ময়াযনা ৮৩
৮৩। নখোযগা মরুপ শান্ননীংই পুন্সিনা ৮৪
৮৪। লাউনি ঈশ্বর ঐ হৌনা ৮৫
৮৫। উক্তরা উক্লোইদরা অনৌবা মশেক্তা ৮৬

## মীৎস্নাদা নপ্পুনা য়েংলক্লে

লুংশিংলা ঈশিংলা চীঙ্গাক্লা
ওন্নীংবা অমা ওন্দুনা
রাহৈ অমা চঙখবে
লুববা রাখলগী লায়ুমদা।

মণ্ডন মণ্ডন খল্লিহৈ
তাদ্রবা খোঙ্গেল অমনা
লাউবগুমস্নু তাবক্লে অমত্তনি
অকনবা অকিবা অঙকপা।

তাবদা খোঙ্গেলদো তনিকপা
মীৎস্নাদা নপ্পুনা য়েংলক্লে
কোযনা পূম্না উদ্রবস্নু
লনা লৈনা থিরক্লে।

খঙদবা ঙমদবা হাযবদো
নীংবা শোনবনা হেনবদো
মঙাল্লা মচুবা ঈথিল্লা
খঙদে থেংথ্রবরা থম্মোযদা।

রাখলগী কুযোম খোবলক্লে
থম্মোযগী লারোন হাংলক্লে
লুরবা লৈন্নংগী মণিগুম
লোৎপরা হকচাংদা থিরক্লে।

১৯৮৪ ইং

## ঈশৈ অমত্তং রাখলবুদি নঙনা

হে সমাজ অঙকপা সমাজ
নঙনা লংনরবদি ফিজ্রেত্তা ঙাওরিবা
কোক্তুদবু অঙাওবনি হায়না
করিগী লংনদে পৈশাদা ঙাওদুনা
শেঙ্গাওতা হূম্লিবা রাখলবুদি নঙনা।

হে সমাজ অরাংবা সমাজ
নঙনা শাউনীংলবদি সনাদা ঙাওবিবা
ঙক্তুতবু অঙাওবনি হায়না
কবিগী মেনবিদে যুদুনতা লৈববা
থনবা ঙমদ্রবা রাখলবুদি নঙনা।

হে সমাজ অকিবা সমাজ
নঙনা পুল্লবদি নিশাদা ঙাওরিবা
পূক্তুদবু অঙাওবনি হায়না
কবিগী চিংবিদে অপেনবা নাইদ্রবা
অচীকপা পামদ্রবা রাখলবুদি নঙনা।

হে সমাজ অচৌবা সমাজ
নঙনা ফারবদি লমদা ঙাওরিবা
থম্মোযতবু অঙাওবনি হায়না
কবিগী খাম্বিদে থেমদুনা কোন্দুনা
কেম্না চাক্লীংলবা রাখলবুদি নঙনা।

হে সমাজ অঙম্বা সমাজ
নঙনা নোক্লরবদি হুপীদা ঙাওবিবা
মীত্তুদবু অঙাওবনি হায়না
করিগী ঙংহন্দে ঙংনীংনা লৈরবা
ঈশৈ অমত্তং ক্লাখলবুদি নঙনা।

১৯৮৪ ইং

## অমত্তা ওইদরা পাউখুমদি অরোইবা

তারি উরিবা থরায পানবা
পূম্ববু পোকপিবা পলেম ইমা
নিজরোই করিমত্তা নচাগী পুন্সিনা
পিবাংগী রাহৈ নত্তনা অতোপ্পা।

ইযুমসু কোঙ্গোম্নি লৈপাক্না শাবা
হকচাংসু মকূপ্পি মালংনা শান্নবা
থরনা ছন্দুনা থবনা চাইতুনা
তিন্দোবা লৈরবা উফুলগুম নঙোন্দা।

বনমল্লি খন্দুনা কোবোগী মৈশাদো
খনগে নীংববা চীংজাউবু লেপহনবা
ফুগাযনা শাত্তুনা লৈবাংগী মচুনা
কাউহনগে খনববা রাখলবু ঈংহনবা।

চেসু উবকই লৈপাক্কুম অপাবা
সনাসু মেৎলকই মঙংগুম অথোংপা
হীরাসু ঙাল্লকই নূংগুম অকনবা
খেন্নদে খঙনবা খেন্ননা উৎলম্বা।

পামেলবু রাংহনবা নাপীবু নেমহনবা
চেক্লাবু পাইহনবা লেম্রৈবু লোইহনবা
করিদা খেন্নবা করিদা মান্নবা
অমত্তা ওইদবা পাউখুমদি অবোইবা।
১৯৮৪ ইং

## 'নোংমগী চারাবু হুনি' হায়রবা

হৈকোলদো মাঙলবা লৈকোলদো তান্নবা
তোক্রো থম্মোয থিবম্নু চান্না—
খল্লিনে ঐস্নু 'পম্বুংনি মহৌশা'
কৈদৌনি চানবিদে উদে মীত্তা।

কাউদেদা ফজৈদা চীংযা তমযা
'নুংশিদা উখিবা' অঙাং ওইরিডৈদা
চেনখিদো চোংখিদো অপেৎপা লৌবুক্তা
লৈখোম লৈনাং ইতৈ তৈরম্নুনা।

নোংজ্ঞগী মতমদা ষঞ্জেনবা শাহুনা
হোইখিদো ষনযাম অমা ষঞ্জাবুঙদা
অফাবা ঈশৈ অমা খল্লহুনা
স্নুবদি তাদনা শাজৈগী তান্থাদা।

মরক মরক্তা নোংনা কল্লক্লগা
খোঞ্জেনস্নু ব্রাংখৎখি হেন্না পেন্না
থেংল য়ৈরহুনা থোৎলবা ফৈগন্দা
মাঙখরে মতমদো হুম্না থিনা।

ফিজেৎ লৈতেং ফাওবা পাম্মুববা
লোৎশিল্লগা উৎলক্লে মীৎসিদা পল্লেম্না
নংলবা অঙাংদো চরাম চদৎনরবা
'নোংমগী চারাবু হুনি' হায়রবা।

১৭ । ৪ । ৮৪ ইং

## ঐগী মিং তাকন্নীংদে ইমা

ঐগী মিং তাক্লীংদে ইমা
লৈফম ইনীংদে শেংনা কনাদা
মীগী খম্নোয়বু থেংলুবা থোক্লবা
তাইনন্নি নচাদি পলেমদা লোইনা।

ঈশৈ কয়াম্থু ঙংখি ঐনা
অনেম্বা স্নুবদা ইকাই ইকাইনা
মাল্লংতনি তাখিবদি ফমহুনা তুম্মিন্না
নঙগী নচা ওইবা শিদবা।

কপ্পীংখি শাউনীংখি হন্না হন্না
খাঙখি ইতোম্মতা থবাক্তা শুহুনা
নীকখি থাহুনা লাইবক্তা তোযনা
নোনখি চুবাসে মেত্তুনা কুইনা।

'ঐ-নঙ।' তৌনুকো থেমহুনা
ইশাগী থূজেংবু ইশানা ফাহুনা
হূকচখি অহীং মুংখিলগী কোঙ্গোইদা
চঙজখি লেঙদ্রবা ঈশ্বরগী খুযাদা।

ঙমদ্রবা থোক্লবা শেগায়বা তাগ্রবা
পেন্দবা পোক্লবা নৈহৎপা পাম্লবা
'যানীংদে' লাউরবা 'থাদোক্কে' উৎলবা
য়েংজগে ঈংনা নোকপা ঙমদ্রবা।

১৯।৪।৮৪ ইং

## খোঙনা চৎকনি ইমা ঙসিদি

চেক্লাবু য়েংদ্রুনা ইথক্তা পাইবা
লেমৈবু খন্দুনা ঈখাদা লোৎপা
মরুপ-মপাং কয়া উননবা
ইচল্ ইচে কযা খংননবা
খোঙনা চৎকনি ইমা ঙসিদি।

হংলগা লম্বীগী উকম ব্রারুম্না
খুম্নুনি 'খৎনরে মতমগা' হায়না
থৎলম্নু ভুবেল থিংলম্নু চীংজাউ
খঙলো মরুপ ওইববনি মালংগা।

হীরাবু তাঙহনবা চীঙ্গাকপু হোঙহনবা
অশেম্বা নম্ভবা যানবা নান্দবা?
কৈথেলবু ম্তরগা লৌবুক্তি লৌরিবা
ঙক্কবা মীওইবা লল্লোনবা নত্তরা।

যেংনগে খন্দে খঙই শাউনবা
শাউনগে নীংদে থান্নি শোরুবা
খন্নগে খল্লি থম্মোয় ঈংনবা
ঈংজগে নীংই ঐখোয় পুন্নবা।

নোরবীংবা চীনবান থেমজনি চীঙ্গারা
ফাগীগী যম্লিবা রাবক্তি ঈপারা
কনানো অনীংবা কযানো অশুবা
করিসু লৈতবদা কবিসু ঙমদবা
খোঙনা চংকনি ইমা ঙসিদি।

১৩।১০।৮৪ ইং

## উরক্লে ঈথক অমস্মু থব্বায়গী

হে রাখল, মিৎশেল খাঙলত্নুনা
য়েৎনবগে শাউনবগে থল্লে নহাক্কা
তাক্লো ঈশ্বরসে মালংলা মতম্না
নত্রগা অশংবা অতিযাগী মচুরা ?

ঈপাকম্মু তামগ্রবা চীংগী লমসিদা
নৌনা হৌরকপা নোংহৌদো যেংলগা
উবগুমম্মু নীংলক্লে ঈথক্তো অরাঙবা
ঈপোম হৌরত্নুনা থম্মোয লাযুমদা।

শাংলবা লম্বীম্মু ইখোঙনা চৎখিবা
চিংশিন্দুনা থৌরীগুম অরোইবা পাঙ্গলদা
লোনখৎলে রাংনা ওন ওন্দুনা
কাউথোক্লে পোথাবা উখোংগুম্বা যুমদা।

অমুকম্মু খুৎশাসে থম্নত্নুনা মাঙদা
শান্নরক্লে পাযত্নুনা হন্না হন্না
চল্লক্লে পাউখোং অরু অরুবা
খুম্বা ঙমদনবা মীৎয়েং অনীনা।

'স্নুম্না খনবদা অঙ্গংবা পুক্লীংনা
উরক্লে ঈথক অমস্মু থব্বাযগী
মহুৎ শিল্লবনি হায়ত্নুনা ঈশ্বরগী
হে রাখল, মিৎশেল খাঙলত্নুনা।

১৪। ১১। ৮৪ ইং

## ঈরম্মা থল্লবা চেবাং কয়াদা

পূরীং তূববা ঈশৈগী ঈপোমদা
হাই হুম্লিবা থম্মোয কযাদা
হায়নীংলম্মি ঐনা অসি হায়না
'ঈশৈ শকপনি ঐখোয লোইনা'।

ভগোই হৈববা ভগোইগী শাথেক্তা
লেঙগে কাউরবা মীৎযেং কয়াদা
ঙাঙনীংলম্মি ঐনা অসি হায়না
'ভগোই শাবনি ঐখোয লোইনা'।

মোত্তাই চূদাইরবা অঙাওবগী মতৌদা
হীক্লবা ব্লাববা ব্লাখল কয়াদা
হারীংলম্মি ঐনা অসি হাযনা
'মঙতং খেন্নবনি ঐখোয লোইনা'।

ঙাঙলবা পাববা চীনবানগী কুম্মৈদা
হক্লবা লুম্লবা নাকোং কযাদা
থেম্মীংলম্মি ঐনা অসি হাযনা
'ঙাওদ্রবস্থ যারম্বনি ঐখোয লোইনা'

লেপ্পা নাইদ্রবা কলমগী ঈযুক্তা
ঈবম্মা থল্লবা চেবাং কযাদা
মেন্নীংলম্মি ঐনা অসি হায়না
'ইদ্রবস্থ য়াবম্বনি ঐখোয় লোইনা'।

৩০।১১।৮৪ ইং

# ইমা থেম্বিয়ু ব্রাখলসে শাউরে

ইমা থেম্বিয়ু ব্রাখলসে শাউবে
ঙাইহাক্তা পোত্থাগে খনবসে থিংলে
ঈশিং খুজোক থম্না কল্লহুনা
লেপ্পরে ইনাক্তা চাইগনি হাযহুনা।

ইমা থেম্বিয়ু ব্রাখলসে শাউরে
ঙাইহাক্তা পোত্থাগে খনবসে থিংলে
অখোকপা অশিনবা হৈবাং উংলহুনা
লেপ্পরে ইনাক্তা ইনগনি হাযহুনা।

ইমা থেম্বিয়ু ব্রাখলসে শাউবে
ঙাইহাক্তা পোত্থাগে খনবসে থিংলে
খঙন চান্নবা মখৈ খোম্মহুনা
পূমনিল নিল্লবে লাউ খোংলহুনা।

ইমা থেম্বিয়ু ব্রাখলসে শাউরে
ঙাইহাক্তা পোত্থাগে খনবসে থিংলে
নীংলগে ফমুংসে তম্পাক্সি নহাক্কী
লৌবগে মোনসে মরুপ্পি ঐহাক্কী।

ইমা থেম্বিয়ু ব্রাখলসে শাউবে
ঙাইহাক্তা পোত্থাগে খনবসে থিংলে
নাউশুম ঈশৈ শরুহুনা হুংশিবা
শুম্বিয়ু ঐবু মীৎকুপ অমত্তা।

১। ১২। ৮৪ ইং

## অসিননি মীওইবনা অচীকপবু কোল্লিবা

ইখোঙনা পুরকই মফম কযা
মীৎযেংনা খাযরকই মখল মখা
থম্মোযনা চূপলকই মচু অমা
অসিননি মীওইবনা অচীকপবু কোল্লিবা।

নাকোংনা তাবকই খোঞ্জেল কযা
থম্মোযনা খাযবকই মখল মখা
পূক্নীংনা নিরকই মবীক অমা
অসিননি মীওইবনা অচীকপবু কোল্লিবা।

খুৎশানা যেক্লকই দৃশ্য কযা
নতম্না খাযবকই মখল মখা
অনীংবনা থিল্লকই মওং অমা
অসিননি মীওইবনা অচীকপবু কোল্লিবা।

খঙনীংবনা পাইবকই যুথক কযা
অহাঙবনা উৎলকই মখল মখা
হন্দুনা যেংলকই মতুম অমা
অসিননি মীওইবনা অচীকপবু কোল্লিবা।

পূক্নীংনা যৌবকই মফম কযা
অনীতনা লেপলম্মী মখল মখা
মতুনা পীরকই পাউখুম অমা
অসিননি মীওইবনা অচীকপবু কোল্লিবা।

২৪।১২।৮৪ ইং

## থম্মোয়সে নচাগী তয়াং তশোইবা

"পীথোক পীথোক্লগা হেন্না হেন্না
শিংলকই" হায়দুনা তাকপিবা ইমানা
খঙলুদে নচাদি মতম কুইনা
শোক্ল থেংলগত তুবিনে খুযাদা।

"থৌদাংসে মন্দিরনি" অসিত হায়দুনা
অঙ্গংবা পুকচেলনা হন্না হন্না
তাক্লকপা পুম্বদো কাউথোক্লুই রাখলনা
পঙইকো হায়দুনা কোনবিযু চেংনা।

"উদবা মতমসে ঈশ্বরনি খন্দুনা
চঙউকো মন্দিরদা খুবম্মু পুক্লিংদা"
অসিফাও নীংশিংলুদে মরক মরক্তা
রাবকউ নচাবু ফুদুনা পেন্না।

অদুবু ইমা! নোংমগী হুমিত্তা
চোকথরে খঙদনা অঙম্বা লম্বীদা
রাংনা কারগা নহাক্কী মিংলেন্না
শোন্দুনা গুল্লকপা কৌরকপা নতমদা—

থকচখি লাইজদো খোম্লাংগুম খন্দুনা
পীখিনে হৈরাংস্থু খুৎশানা নচাদা
নহুনা ঈংহনখি থোক্তুনা যেন্নীংবা
থম্মোয়সে নচাগী তয়াং তশোইবা।

১৩। ১। ৮৫ ইং

## অনীদা ওইনা ঈশ্বরনা শেম্বিবা

ইমা নংনা করিগুম্বা মতমদা
'বব অমতং নিজহৌবো' হায়না
থোক্লক্কনা লেপ্পবগা ঐগী ইমাঙদা
নিজরোই নচাদি 'সনা লুপা'।

'খুন্নাই অসিবু মীওইবা কৌবা
পুন্না মুংশিৰা ঙম্বা অচম্বা
থম্মোয়' অত্তুতনি হাপ্পিবম্মু হায়না
বপচদৌবা নিজদৌবা ঘিগাউ শাত্তুনা।

শোকপিবা থোক্লবা ইমানা লাইবক্তা
খল্লি তিন্নবদবা পুবীংসে মালংগা
নীংলি পায়হল্লদবা খুজেংগা খুঙেংগা
মপোক কযাদা থাদোক্কে খন্দনা।

'মবক মবক্তা উইশিল্লবা মীৎযেৎনা
লৈই অনী চিৎলহুনা শাংলবা
লেপহনখি যেংখি তাইবঙ পুম্বা
অনীদা ওইনা ঈশ্বরনা শেম্বিবা।'

তেল্লবা শৈহেক্কি অসিসু নচানা
শকচ শোঙ্ঙবা ফাইববা লৈযেংনা
তাহঞ্জগে ঙাইবকপনি অমুক্কং পেল্লা
কোন্দুনা খুয়া থম্বালদো চেৎনা।

৬।২।৮৫ ইং

## হায়য়ু ইমা নহাক খঙবরা

হায়যু ইমা নহাক খঙবরা ?
ঈশ্বরনা পীরে ঐঙোন্দা 'অমা'
মীনা উরে লৌগে খল্লে
পীগে লেপ্লে লৌথোক্কে ঙমদবা।

নক্লা যম্লে কৈরোই লৈকাইদা
লুম্লকই থুম্মোক্কুম অথুম্বা উহৈনা
লাপ্পা চৎলে উনবে খঙনবা
থল্লকই যেন্দাইগুম যজবা লৈবাংনা।

মতম অমদা নঙনা চৈখিবা
রাখলস্থু লাকখি ঐগী ইনাক্তা
ফোঙবা ঙমদ্রবা ঙসি করিগুম্বা
তিন্নরনি ঐদি মাগা তোযনা।

কাউদরি নোংমস্থু তাকখিবা নত্তরা
'থম্মোযগীস্থু লৈবনি থোঙ' হাযনা
থাজমু থেম্লকই চীক্লা মানা
ঙাঙলো ঙাইহৌরি কোযকনি লাপ্পা।

মঙ্গুংসে থল্লিদনা অপীকপা মোম্না
মপানসে ঙাল্লিদনা অঙ্গংবা থাজনা
খন্নু খুম্মু নোক্কমু তোয়না
লংজিন নত্তে ঐনা ঙাঙলিবা।

১০।২।৮৫ ইং

# নত্রগা লম্বীগী খুদারা থাউমৈরা

যেংলো ইমা থোঙ্গালদা মূনা
লাক্নে মকপ্লো নঙোন্দা তমখিবা
নীংযেং ঈংবা পুকচেল শেংবা
হৈনা লুম্নবা পাম্বীগুম নোল্লুবপা।

খঙলনি পালেনস্থ ঙসিদি শোযদনা
ঐতনা ঙাঙবনা হেক্সিন্না থাববা
থিউকো হুমতুনা থম্মোযসে হাংদুনা
যংলোইকো ৱাহৈ তেনগুম্বা নৈগুম্বা।

চিংনবা কোক্রবা লেপহল্লু লৈইদা
অৱাবগীবা নুংঙাইবগীবা খন থেংবা
শকলঙ্কনি তাসি ঈশৈ অমা
তান্দা তোংদুনা থৱাযবু যোন্দুনা।

মেনশি পাউখোংনা ঙাইহাক্কুং লেপ্লবা
নীংথিবা যণবীগী কুংলবা যঙ্গোমগুম্বা
থৱায়গুম্বা ইনাগুম্বা নত্রগা লৈপাক্লুম্বা
খঙনি থুক্কত্তে পৈশাগী খোঞ্জেন্না।

অবোইবা মতমদা যম্নদুনা কোযনা
তান্নশি থন্নশি ইমা ইচা
নুংনাংলবা থম্মোযগী মত্তেংলা হীদাক্লা
নত্রগা লম্বীগী খুদারা থাউমৈরা?

৪।৩।৮৫ ইং

## ঙসিদি কোয়রুরে পৃথ্বী থুংনা

ঙসিদি কোযরুবে পৃথ্বী থুংনা
বংলক্লে মান্নবা রাহৈ অমা
রাখলনা হংলি কবিনো হাযনা
পূক্লীংনা খুম্লি 'মৈনি মৈ'।

ঙসিদি কোযকবে পৃথ্বী থুংনা
যংলক্লে মান্নবা রাহৈ অমা
রাখলনা হংলি কবিনো হাযনা
পূক্লীংনা খুম্লি 'ঈশিংনি ঈশিং'।

ঙসিদি কোয়রুরে পৃথ্বী থুংনা
যংলক্লে মান্নবা রাহৈ অমা
রাখলনা হংলি করিনো হাযনা
পূক্লীংনা খুম্লি 'নুংশিংনি নুংশিং'।

ঙসিদি কোযরুবে পৃথ্বী থুংনা
বংলক্লে মান্নবা রাহৈ অমা
রাখলনা হংলি কবিনো হাযনা
পূক্লীংনা খুম্লি 'লৈপাক্নি লৈপাক'।

ঙসিদি কোযরুরে পৃথ্বী থুংনা
যংলক্লে মান্নবা রাহৈ অমা
রাখলনা হংলি করিনো হায়না
পূক্লীংনা খুম্লি 'অতিয়ানি অতিয়া'।

৫। ৩। ৮৫ ইং

## পুঁবিরো ইমা ঈনুংগী লম্বীদা

পুবিরো ইমা ঈনুংগী লম্বীদা
নোক্লবা মিহৌবা পূম্বা লৌথোক্কুনা
অতাওবা রাহৈদো খূনগনি খল্লুবা
যংলোইদৌরি ঐসে চানবিদরে মালংনা।

শেগাযত্নুনা নৈরাংবু খূংকী পাঙ্গলনা
শান্নবদো উবগা থক্কংলি থম্মোযনা
ঙাকসিস্থু ঙমদা ঙাক্লোইস্থু খন্দা
খাঙঙম্রোইদৌরি ঐসে পাংবিদরে মালংনা।

থেন্দুনা ওইদববু লংলকপা মতমদা
শারকইনে ঈপোমসে রাহৈগী অঙ্গংবা
তংলকইনে লম্বীসে মীংযেংগী তত্তবা
নীংঙম্রোইদৌরি ঐসে খঙবিদরে মালংনা।

'খুঙ্গংগী উপালগা সহবগী দলানগা
তুবেলগী মওংগা লম্বীগী মতৌগা'
যেক্লেনে নোংমা থম্মোয অতিযাদা
উংঙম্রোইদৌরি ঐসে খোইদাদরে মালংনা।

খূজোক্কো যেংলগা খূংনম্মা শাবা
ঙাঙগেস্থু ঙমদা ঙাঙলোইস্থু যাদা
নৈখি তুম্মিন চীনবানসে মেন্দুনা
চাক্লদৌরি ঐসে থেম্বিদবে মালংনা।

৯।৩।৮৫ ইং

## নিজবনি নীংদ্রুনা পিরাংগী মহুত্তা

ম্নুমিং কযা য়াওখি ইমা
ঈশিং চাইখিদবা লৈকোল অসিদা
মীত্তা মশেল মরাং ওইনা
উবনা ঙমখিদে ৱারৌম্নু থম্মোযনা।

যুমদা ঐনা লৈতবা তাঙ্গাদা
পোত্থাগে থন্দুনা খঙনবা লাক্কুনা
চঙখিবা উরবা মন্নবা কোম্থোঙদা
থ্যাবিয়ু ফিদা তাহন্নুসি ৱাখঙদবা।

মখোযগী মরক্তা পলেম্নু খঙবিবা
য়াওরম্বা থোক্লবা হংলক্কনি শোযদনা
'কদাযদা থাদোকখি নচাদো লমকেৎপা
উখিদরেদা মতম শাংলে' হায়ত্রুনা।

করিদি খুমখিনি পলেম্মা মহুদা
তাবিয়ু তমজগে য়েংবিয়ু শিংবরা
'কালেনম্নু ওইবনা নোংম্নু চুদবনা
চৎখিনে লাপ্পা অশাংবা থৌরীগা।'

পীক্লবা লমসিদা চাউশিল্লে যুম্নগা
কূপ্লোম হানোম চেনবদা ইমানা
কাউখিনি 'সিদদি থম্বিয়ু থম্মোযদা
নিজবনি নীংত্রুনা পিরাংগী মহুত্তা।

১১।৪।৮৫ ইং

## ওইরিনি হন্নকপা পম্মৌনা অহীংদা

ইমা নঙনা অঙনবা অযুক্তা
চংলুত তকই অনকপা লাইশঙদা
পুনবদি লৈতে যেন্দাইদা হাপ্পুনা
খাক্লিবরা চোংজৈ ঐগীস্থ তোঙান্না।

হৌদোকই তোযনা তম্পাক্তো নীক্তুনা
চিংখংলি তপা পান্বোনসে পাযত্নুনা
লেপখংলি ঐনা হৈনীং হৈনীংদনা
ইমীং অনী নোইর নোইরত্নুনা।

কবিনো উবিবা মীংস্নাদা তাথ্রিবা
পম্মৌনা মাঙদা পলেম্না ভুংদা
তাউবেনে লৈরাংনা মালংগী ঈপাক্তা
থন্নেনে লৈনম্না কনানা খল্লিবা।

উখিদে মমাঙতৈ অস্নুম্না অমুক্তা
তানক্লিবা হাযবত্নুবা শাংলম্বা থরান্না
লাম্বিযু অমত্তা হাপ্পীযু খূবাংদা
নিংঙাইনি খন্দনা নচানি হুংশিনা।

নত্রগা শাংপবা উবা যংদবা
লোম্বা নাইদবা রাংলবা চীংদোন্দা
ওইবিনি হুন্নকপা পম্মৌনা অহীংদা
পুবিযু হাযজনি খূজেং পান্নোইননা।

১২।৪।৮৫ ইং

## চীংদোন্দো পাউখুমগী থিনবিয়ু অমুক্তা

হে কখোক্লবা পুন্সি লাইগুম্লবা
পেন্দবনা থারবা থম্মোযসে কায়ববা
পুবক্লি ৱানা পোত্থা পোত্থা
তাইশিনখিনি নীংহুনা মতীক মঙাম্না।

পম্থৌনি খঙদা অহুন্নি লৌদা
নোনখিদে ইকোক লঙজখি কযামা
ওৎখবে নীংঙমদনা থল্লক লুম্লক্কনা
চিংখৎপিয়ু অমুক্তা মীৎযেংগী মশেক্লা।

খুদোল কযাম্থু মল্ল তাববা
খোৎলুরে ফংলক্কে কুইনা যুম্লুববা
ঙনজদে চাম্বাদি মচুসে কোক্তুবা
নিজরি পাত্রদো ৱাহৈনা তোঙলবা।

মপুক লুরবা ইখাউসে উবদা
হৈথরোই তৌবিম্থু পাউতাক্কী সনা
করাম্বা পুক্নীংসে যেংহুনা হান্না
লৌথোক্লোই লেম্পিম্থু পীক্লা যোমহুনা।

মচাক্তি যাওদনা পঙলবা পুক্নীংনা
কাগনি লাউক্লরে চোংল চোংলহুনা
হিমালযগুম্বা অমা হিমালযদি নত্তবা
চীংদোন্দো পাউখুমগী থিনবিয়ু অমুক্তা।

১৮ । ৪ । ৮৫ ইং

## চীংদোন্দা হৌবা উজাউ অমদা

চীংদোন্দা হৌবা উজাউ অমদা
লেঙ্গরম্মী নুংঙাইনা তীল অনীদা
শ্লেংথবম্মী নপ্রত্নুনা উনাগী মনমদা
নোক্রুম্মী পৃথিবী ঈচাউগী থম্রগা।

হানৌ চোংদ্রবা নাকেন থাদা
থদংখি শাউত্নুনা মত্নুগী মালংনা
ইম্থখি তকবা লোক তন্না
বাযনহনখি নবী এতা পূম্বা।

অত্নুদগীদি, তোংহল্লত্নুনা হিগুম উনাত্নুনা
লীবিখি লৈহাওগী রাবী কম্বা
যাইগুম্বা মুংশিবা ঈশৈ কযা
পুনাংলত্নুনা ঈ থাংদ্রবা লৌবুক্তা।

তুবেলদো তাবকপদা ঙাইরম্বা তোর্ব্বান্না
চেংশিন্নত্নুনা অনীবু লৈরায তন্না
তাহনখি মীকপ মীবাউ তেংথানরিবা
হিংলবোইদবা অনগী ওমশিন ওমশিন্দুনা।

তাবদা পীক্লবা তীল অনীত্নুনা
উবকখি কল্লবা যন্দংদো হয়াওবদা
পুন্সি লোমখিবদো মীনোক লক্তা
যেংম্নু যেংনীংখি নপ্রত্নুনা উশাদা।

২৫। ৩। ৮৫ ইং

## করি কান্নে কপ্পুবগী তাইবঙনা

করি কবিগুম্বদা উরিবা থরান্না
কুংশিন কুংশিন্দুনা অমগা অমগা
ইরকপা থোক্লবদি পুক্নীংগী অনীংবা
করি কান্নে খোৎলুবগী চেবাংদা।

করি করিগুম্বদা মচুগী লৈচিন্না
থোঙ্গিন থোঙ্গিন্দুনা অমগা অমগা
উৎলকপা থোক্লবদি পুক্নীংগী অপাম্বা
করি কান্নে য়েক্লুবগী চেবাংদা।

করি করিগুম্বদা অহাঙবা ফম্বাক্তা
শান্নরিবা লীলাসে অরুবা অশেংবা
ফোঙলকপা থোক্লবদি নোংদোন থক্তা
করি কান্নে যেংলুবগী যুম্নদা।

করি করিগুম্বদা অঙৗংবা নুংশিত্তা
ঈংনা লৈনা পাইরিবা চেক্লানা
শক্লকপা থোক্লবদি ঈশৈদো নুংঙনবা
করি কান্নে ভেংথারুবগী কবিনা।

করি করিগুম্বদা অমংবা লৈচিন্না
তারমদাই মতমগী অব্বম্বা নোংনা
থাক লাউরক্লবদি তুজুংবা খোঙ্জেলদা
করি কান্নে কপ্পুবগী তাইবঙনা।

২৮।৩।৮৫ ইং

## 'মসে মৈগী চীংনি' হায়না

করম্বা মতমদা পৃথ্রীসে অচৌবা
খাজিনবগে নত্রগা থোঞ্জিনবগে খুৎনা
লাউবতনি 'যত্রে' হাযনা চীনবান্না
'থকহৈদ্রে হুমুক খাবে' হাযনা।

অঙাং কযা মাঙথ্রবা মসিদা
তনৌ তনৌরবা লুবনি খঙজদবা
অতুগা থেম্লি কপ্লিবী মমাতুদা
'লাইবক্লা তম্লমতুনা থোকপনি' হাযনা।

লম্বী চৎপা লাপ্পা লাবপা
মীশিং অতুনা রাখলনা চোকথরবা
থক্লুবা থোক্লবা থূজোক অমত্তা
লাউরকই হৌনা 'থুমই' হাযনা।

অচীকপা অহীংদা লাইনীংবা কনানা
যাবেক্লবা থোক্লবা মাগী মনাক্তা
তাক্লম্মী মীপূমদা অঙনবা অযূক্তা
'মসে মৈগী চীংনি' হাযনা।

অতুবু। তাবিবগে করম্বা খুংনা
লাইনীংবগী রাদো অফবনি হাযনা
হৈদোকপদা নত্তরা থোমতুনা থোঙনা
লোযননা লাউবা 'মাঙলে' হাযনা।

২৯।৩।৮৫ ইং

## মাল্লমগনি হায়বা নঙ্গী নচা

থাজদরে ইমা অরাঙবা রাখলনা
মাল্লমগনি হাযবা নঙ্গী নচা
মিংশেলদা যেংলে থাজুনা মাঙদা
'মীংকুপকী ওল্লি' চৈনে মানা।

ইশানা লাঙজবা থৌদাংস্থ ইমাগদা
পুথোক্লে থম্রে অতোপ্পা শাজুনা
থল্লম্রে মকুপ্পা খপ-খৈহৌদবা
'যেংলক্লে খানা' শাউনা মানা।

পামেলদা পীবিবা পাঙ্গলদো লেপ্পবা
লৈবাংদা থম্বিবা মীৎযেংদো অঙ্গংবা
যাওববা যেংলুই নেংনদি ইথন্নতা
'হিংখিনে অচীবপনা' কল্লা মানা।

হৈবাং অমস্থ খ্বাইদগী যজবা
পালহন্নীংলুই খাম্লুই পুন্সিসিমা যেংনিংবা
খল্লুদে হেক্রুনি মতমগী খুৎশানা
'খুদম্লনে অসিবু' উৎলিবা মানা

'স্থম্না খন্দুনা ঈচেল থক্তা
তাউথবা মতমদা পোলোইগী মৈবীনা
লাউখিদো নোংমস্থ 'মৈরাম্বীনি হায়না'
'তাবগা যেংথরুই' ঈপাক্তা এনা।

২ । ৪ । ৮৫ ইং

## নঙবু নীংশিংজরুবগী মীৎকুপ অমত্তা

নঙবু নীংশিংজরুবগী মীৎকুপ অমত্তা
কযাদা কান্নবা যংলবা মুমিৎসিমা
খঙদে 'সিবু তত্তনা থম্মোযনা
কাউথোকই ৱাখলগী ৱা লৌত্নুনা।

কবি লোৎপিবিবা খঙদবা নঙনা
মীৎযেং অত্নুদম্তু অযেকপা লাইগুম্নবা
খঙযম থোক্লা হংখিদে ঐনা
তিম্না তোৎনদবনা পূম্নীংগা তোযনা।

তুক্লিবা চৌগ্নাক্কী মচিনি খঞ্জবা
ৱাহৈগী পুথ্রীসে আশানা শেমজবা
কযা থুনজগবা নঙী খূৎশানা
চাইবিবা থোক্লবা মবীক অমত্তা।

উহৈনা থল্লবা উশাদো চাউরবা
নীকহল্লি কোন্দুনা মীৎ উইশিল্লিহনুনা
অত্নুগা খুলহল্লি অঙাংবু পীল্লিবা
মূনা মেৎনা হেংলহনুনা বূপ্না।

মবম অমা লৈরম্মী লোত্তুনা
করম খঙগনি খূৎশা অমনা
চাববুদি থবক্লি হাযদবা মহাক্না
থকপবুদি থৌদাংনি নীংদ্রবা ঐহান্না।

২২।৪।৮৫ ইং

## ফংজবনি নঙনা নীংজবা কন্দুনা

পামেলসে অচৌবা মাঙদা উরিবা
নত্তেদা ঐগুম্বা ঐগা মান্নবা
ৱাংলিনে মৈগী শকক্তো মাঙোন্দা
তমথোক্কে লাকখি তুং ওল্লহৌনা।

চিংনখিদবদি নত্তে হল্লকপা লম্বীদা
যেংনখিদবদি নত্তে তোযনা ইতোম্মতা
নশা মবেং মাঙদা যেক্লহৌনা
কবিমত্তা যাওদনা হাঙলবা খুত্তনা।

উচেক কযা কযা তোংহল্লিবা
করি কান্নবগীনো অসুক খঙদবা
যাবোই ঐতদি মপোক কযাদা
তাম্হোক্কনি হৌনা ইখুৎ কল্লহৌনা।

লেকলম্বা য়াইকো অকোযবা মনাক্তা
জীব কযাসু কযা তমথীববা
চৈজবা ঙম্নোই মাদি লোম্থোক্কবা
নিঙাই-শংদানহৌনা অথেঙবা অহীংদা।

অহুবু। ঙাঙজবনি খমবিযু ঙাওহৌনা
পুন্নমক অসে ঐনা লামত্রিহৈঙেদা
হল্লক্কুনা কোল্লগনি নোংমদি শোল্লহৌনা
'ফংজবনি নঙনা নীংজবা কন্দুনা'।

১১।৪।৮৫ ইং

## থারো ইমা ধূপ থম্মোয়দা

থারো ইমা ধূপ থম্মোযদা
থোকখিনবা নুংশিবা মনমদো চীনবান্দা
পুখিগে ভাইবি মালংনা ইনাক্তা
লাম্রক্লি নাগী মোল্লবা খূৎশানা।

করিগী নীংহম্নবি কবি খন্দুনা
নুংশিবিন্নু এবু নচানি নীংতুনা
তঙ্জিল্লো তিকি চাকহল্লো ভাডনা
অমত্তা নত্তে কম্বীসে থম্নবা।

নাগা মীগা অনীগী মরক্তা
থানবা থোক্লবা চোকপলদো চাউনা
ইকোয় ইকোয কোয়না রাংনা
ডম্রোইদবা খল্লু পলেনস্নু কুপ্পা।

অনীবনা অম্লুক যাম্না লাপ্লবদা
মবোল থোক্কে কাউতুনা খূৎশাদা
হংনুই রাহং কযাস্নু লেপ্তুনা
যৎদবি পাউখুমদি ভসি ফাওবা।

হাইনুনে খূৎশাদো নীংখিবা লৈগুম্বা
থেম্নুনে ভাউতুনা পূরীংসে পেৎনবা
নোক্লুবে খডদবা তম্বীদে কাউতুনা
কনখৎপিন্নু এবু হাকন্থা চঙতুনা।

৪।৫।৮৫ ইং

## শাৎলোবা ৱাহৈ থরোগুম লাঈজদা

ৱাহং অমত্তনি খঙই হংলিবা
পাউথুম অমত্তনি ঐনা খুমদোবা
কৈদৌনি যংদে কযারক খন্দুনা
মফাং মফাংল হোৎনজবা পূম্বা।

যেংখি তোযনা অচীকপা কাত্থদা
শানখি ৱারী অথেৎপা লাইশিংগা
অহিংবনি খন্দুনা ঙাওববা থম্মোযনা
হাযজখি পাংবিযু অমত্তা ওইনা।

মযেক কযাম্ব্ অঙকপা ঈথিলনা
পীখি থমখি যোম্ন যোম্নত্তুনা
থোক্লুই নোংমদি চেবাংদো হাংত্তুনা
মশীংদি যেংদনা অমত্তনি চোংত্তুনা।

মন্নকপা মতমদা পাঙ্গল থোক্তবা
উখিবগুম তৌখি শক্তম অমা
কৌখি ঐনা খূৎলাম তোযনা
লান্ননবা হাযত্তুনা মীৎনা উবদা।

ফংদবনা লংজিন্দো মঙান্না চিংবদা
লেনখি পুন্সিসে শোল্ল-শোল্লত্তুনা
'শাৎলোবা ৱাহৈ থরোগুম লাঈজদা
থোক্লোবা ৱাখল লৈতূমগুম ফক্লাংদা'।

১০।৫।৮৫ ইং

## শান্নবগুম্না উরি পীক্লিবা অঙাংশিংনা

মীরোল কয়া পুন্সিরবা ষাংলবা
উপাল অসিনা লম্বীগী মনাক্তা
হাংদোক্লি মীওইবগী ইতিহাস লিরবা
পারি হন্না হন্না ঈংনা।

থাঙ্গৎলত্নুনা উবীনা শাবা পাম্বোম্না
কৌবি তনগে লৈগুম্বা লৈযেংনা
পাম্মুথ্রবা পুন্সিগী ষান্নী কয়া
শাংলম্নগা কেমথ্রবা গুলাপকুম নৌন।।

বালেনগী মৈশাদা নাক্তা পোথাষবা
লম্বী চংপা কনা কনাগুম্বনা
খোনখি ষাহৈদো লেম্লৈগুম খন্দুনা
হাপচিনখি চেনা শাবা তুঙ্গোলদা।

হিংবগী ময়াইনা মৈশাদো কাউববা
মপোক্কী খন্নগা থাজহনবা ঙমদ্রবা
নিংথৌ তুবেলগী নক্সা যেংলবা
মচেৎকুম লৌরি থৱান্না থাম্নবা।

খোইনস্থু ইংদবা খোইনস্থু শাদবা
কনাস্থু লাক্কবা তাঞ্জাদা মানা
লাপ্না তাম্না যেংলহনা মীওইবা
শান্নবগুম্না উরি পীক্লিবা অঙাংশিংনা।

১৮। ৫। ৮৫ ইং

## ওলহল্লো লৈরাংগী পরেংদো নুংশিবা

নুংশিদরা যেংউ পূরুবীং মহৌশা
থাজনু থোক্তবা থাশিগী অহীংদা
হৎলি থরাম্না অরাংবা অতিযা
তমজরি তন্দম্না পাইহনা কুংনা।

চিংহনা পুরি রাখলসু মীৎযেংনা
উদবা লমদা থাপ্ল তাম্লবা
মপোক কযানা যৌবা ঙমদবা
খাঙলি থম্মোযনা হাগুন বদাইদা।

পীকপা চাউবা মচু মমেন্দা
রাংবা নেম্বা মওং মতৌদা
তাউবি লৈরি অহাঙবা মালংদা
যেংলিনে ঐনা ঙক্কুনা যুমদা।

থরায়না খল্লি মাঙবা লৈতবা
মশেক্লা নীংলি রাহৈনা যোম্লবা
ফংগনি লাম্লুই রানা ঐনা
লোৎশিনগে হোৎনৈ মীৎযেংনা চুপ্তুনা।

ঙমদবা মতমদা হক্লবা তাঞ্জাদা
অঙকপা পূম্বনা লংলকপা মীৎকুপ্পা
শোল্লকই যেংহনা ঙকশমদো তাঙলবা
'ওলহল্লো লৈরাংগী পরেংদো নুংশিবা'।

২৩। ৫। ৮৫ ইং

## য়াররোই লৈরনু নঙবু তুমিম্না

ফত্তেদা ঐগী রাখলসে ইমা
তক্লকই 'কাউরো' তোয়না তোযনা
নকুপ্তো লুনা কুইনা তিন্নজবা
অনী থোক্লা ঐনা লৌজদবা।

যেংউদো শাউরি কবিসু খন্দনা
তাইশিনবা যাবদো লেম্না ঈংনা
অতুগা হৌগৎখি চংখি যাঙনা
লানহৌই ঐনা খুজেংদো লাপ্না।

চৈথ্রে কযাসু লাউহুনা খেংহুনা
"থাজহনখো অমুক্তদি পূকীংবু নঙনা
ঙাইখো থাঙখো লৈতানা ফমহুনা"
উবেদো লৌবমদে হাপ্লনদে নাকোংদা।

থেনথ্রে কযাসু চুপ্পুনা নান্দুনা
"তিন্নন্নু নোকউনু নীংউ নোন্না
যেক্লবনি মাগী শূবা নোম্বা
তুংহৌবোই তুংদা মঙংনি অঙাংগুম্বা"।

ক"বিবু যেংহুনা অসুক ঈংদবা
ঈংনবা কবম্না করিবু তাক্তৌবা"
হাযবিবো শেংনা ঙসিদি ইমানা
যাবরোই লৈবনু নঙবু তুমিন্না।

২৫।৫।৮৫ ইং

## তাল্লুন্নু হেক্তা অখঙবা শাদুনা

তাল্লুন্নু হেক্তা অখঙবা শাদুনা
পীল্লিবা অঙাংদা কুপ্পা খন্দনা
য়েংউদো চুপ্নি মতোঙদো অথুম্বা
অতুগা হুন্দোক্লি মরুদো হৌনবা।

থাংগে তৌবদা মখোঙসে অনৌবা
ল্যকথরি নাল্লি লৈপাকসে চিংনবা
ম্বাল্লুন্নু ফিংতুনা শগনসে অথোৎপা
চোংথনি ব্রাতুনা অনৈবা ঈশিংদা।

অউবা লমজেলগা উদবা লমজেলগা
অনীমক খঙতুনা নোকপনি অঙাংনা
অশেংবা অচুম্বা লংজিন্দো মাঙবদা
কপ্পনি কৌতুনা হীরুা হীরুা।

পৈশাম্নু পাযবি যেংলি মুন্না
পামদেদা লংথোকই চাবা যাদবা
করিনো হংনীংই ব্রাহং অমা
থিংতুনা থমখি খৌরীনা কন্না।

পীবিন্নু যাই খোঞ্জেলদো অমেঙবা
কল্লক্তে পামদে শক্তমদো শুমহৎপা
ভুংতুনা লৈরিদনা মীৎযেংদো অচম্বা
লোইরে অসিনা নোন্দুনা নিজবা।

২৫।৫।৮৫ ইং

## কয়া য়াম্নবগে হিংমিন্নবা পাম্বা

শক্তুনস্থ ঈশৈ কযা নুংঙনবা
উত্তুনস্থ লীলা কযা নুংঙাইবা
অসিদদি হংদবা ঙম্লোইদৌবি ইমা
কযা যাম্নবগে পূকচেল শেংবা ?

তাউত্নুনস্থ যনা ৱাংনা লাপ্পা
উত্নুনস্থ নঙবু ইবং লংনা
অসিদদি হংদবা ঙম্লোইদৌবি ইমা
কযা যাম্নবগে হাযবা ইনবা ?

ঙাঙত্নুনস্থ মীগী যিজেত্তং যেংলগা
খঙত্নুনস্থ মীগী নীংযেংতং উবগা
অসিদদি হংদবা ঙম্লোইদৌবি ইমা
কযা যাম্নবগে ইশাবু উজবা ?

মাঙহন্দুনস্থ অঙৌবা মচুদো শেংনা
ইন্দুনস্থ অযাকপা শকক্তো চুমত্নুনা
অসিদদি হংদবা ঙম্লোইদৌবি ইমা
কযা যাম্নবগে ওইজবা থাদোকপা'

কাউথোক্তুনস্থ থম্মোযনা কাউথোকপা হৈবা
তাইনত্নুনস্থ পূক্লীংনা চে কলমদা
অসিদদি হংদবা ঙম্লোইদৌবি ইমা
কযা যাম্নবগে হিংমিন্নবা পাম্বা ?

২। ৬। ৮৫ ইং

## থাজসে উরগা অহীংদা কোয়না

থাজসে উরগা অহীংদা কোযনা
লৌরুরে চন্দনগুম কনাগী লাইবক্তা
মপূংদি ফাদে উদে শেংনা
যেকশিবা করম্না মাযথোঙসে অঙ্গীংবা।

থবানসে উরগা কুপ্পা হৎলবা
লৌরুরে নপ্পগুম কনাগী শম্বুলদা
মপূংদি ফাদে উদে শেংনা
য়েকশিবা কবম্না শম্নাংসে নীংথিবা।

লৈচিলসে উবগা তাংথক নাইববা
লৌরুবে ফিজোলগুম শুঙ্কৎপা হকচাংদা
মপূংদি ফাদে উদে শেংনা
যেকশিবা কবম্না নীংজবা মচুদা।

পামেলসে উবগা হৈনা হক্রুবা
লৌরুরে খূজোক্লুম ৱাংনা থাঙ্গৎলগা
মপূংদি ফাদে উদে শেংনা
যেকশিবা করম্না পাম্বোমসে পেঙ্গবা।

লৈরাংসে উবগা লৈনম্না হারবা
লৌরুরে মিংলেনগুম অমেঙবা অথোৎপা
মপূংদি যাদে উদে শেংনা
লেংশিবা করম্না থোম্নীংবা ঙকশমদা।

৪।৬।৮৫ ইং

## লীবিয়ু ব্রারী তক্লি অঙাংনা

লীবিয়ু ব্রারী তক্লি অঙ ংনা
ফম্নহ্না কোযনা ঙংলি ঐঙোন্দা
তাগেবা অত্থুদি হংলুই হুবানব ী
মেল্লকই তোকশি লমচং নাইদবগী।

লীবিউ ব্রাবী তক্লি অঙাংনা
ফম্নত্থনা কোযনা ঙংলি ঐঙোন্দা
তাগেবা অত্থুদি হংলুই অপঙবগী
মেল্লকই তোকশি থিবা ফংদবগী।

লীবিউ ব্রাবী তক্লি অঙাংনা
ফম্নত্থনা কোযনা ঙংলি ঐঙোন্দা
তাগেবা অত্থুদি হংলুই অতনবগী
মেল্লকই তোকশি মথৌ খঙদবগী।

লীবিউ ব্রারী তক্লি অঙাংনা
ফম্নত্থনা কোযনা ঙংলি ঐঙোন্দা
তাগেরা অত্থুদি হংলুই অতোপ্পগী
মেল্লকই তোকসি মরোল খঙদবগী।

লীবিউ ব্রারী তক্লি অঙাংনা
ফম্নত্থনা কোযনা ঙংলি ঐঙোন্দা
তাগেরা অত্থুদি হংলুই নিংথৌগী
যেংলকই হরাও হরাও ফুংঙাবগী।
২১।৬।৮৫ ইং

## ৱাহৈ অসিদা ঐনা ফোঙলিবা

ৱাহৈ অসিদা ঐনা ফোঙলিবা
য়াওদে খল্লত্নুনা মাগী ৱা
চংখিবা থোক্লবা ৱাখলদো লাপ্পা
খাম্বিযু ইমা নঙনা কোন্দুনা।

ববিবুদি তাক্লম্মী মঙোন্দা ঐনা
যংখিদে করিস্নু খল্লু খল্লুরগা
ওইবম্মী পূম্নমক ইশাবু খঙনবা
থঙ্গা নাইরবা তাইবঙ মপোক্তা।

শরীংখি ঈশৈ কযাস্নু ন্নুংশিবা
থম্মোযনা থম্মোয়গী মহুৎ শিন্দুনা
থিংখি মত্নুস্নু কোযশিনবা চ্যোকপলনা
পীবিদে খোঞ্জেল পূক্লীং হুঙম্বা।

মওং অমদগী মওং অমদা
ওন্দুনা লৈবা হোংগনবা তাইবঙদা
হোৎনখি য়েক্লমগে পম্বুংস্নু অবেপ্পা
ঙমখিদে শেংদবা ময়েক্কী মচুনা।

চিংনীংখি লৈইস্নু লমচৎকী লেঙদবা
ঈপাক্কী মথক্তা খ্বাইদগী নেম্নবা
থুগাইখি তোয়না মত্নুস্নু ঈপোম্না
খঙদে তোংনীংবরা চীংগুম্বা লৈচিন্দা।

২৫।৬।৮৫ ইং

## ইওন ওম্নরে পল্লেপফম খঙদনা

উবে ঙসিদি পৃথ্বীসে চাউরবা
ৈলবোল অমগুম মাঙদা উবিবা
ইওন ওম্নরে পল্লেপফম খঙদনা
ঙাওবে ঐসে অঙকপা ৱাখন্দা।

শারে ৱারী কনাস্ত য়াওদনা
ৱারে কপ্লে করম্নো খন্দুনা
ইওন ওম্নরে পল্লেপফম খঙদনা
লুপ্রে ঐসে অরুবা ৱাখন্দা।

যেংলে লেঙদবা ইযূমসে মীগুম্না
খল্লে থোঙনাউসে কনাগী মীংকুম্না
ইওন ওম্নবে পল্লেপফম খঙদনা
তাউরে ঐসে মুংঙাইবা ৱাখন্দা।

থল্লে নাকোংসে চেক্রাগী খোজেন্না
নত্তে ওইরম্লে খোংবতুম হঙোইনা
ইওন ওম্নরে পল্লেপফম খঙদনা
চেল্লে ঐসে অকিবা ৱাখন্দা।

খোৎলে পুন্সিস্থ নোংমগুম তেল্লবা
খোক্লে নোংমনা মীংকূপকুম কূপ্লবা
ইওন ওম্নরে পল্লেপফম খঙদনা
ক্ষম্লে ঐসে কনাগী ৱাখন্দা।

২৬।৬।৮৫ ইং

## ঈংহনগে পান্দমদা চেনশিনবা মালংনা

পাইরিবা লৈচিল নঙবু ৱাংনা
লাক্লো শান্নরোবা ননীং তম্না
ঐগী অতিযাদা ঐগী থম্মোয়ন্নুংদা
শঙলো মচু পূক্নীংসে পেন্নবা।

হাংলো পোন পীক্লবা কা
পাইবো ৱাখল চেক্লা ওইবা
থোক্লো ঝিঙ্গুব খোঙদা পুনবা
উৎলো মকপ্পি লুনা তিন্নবা।

ঙাইবো নঙম্তু থৱায কৌবা
থূপ্পুনা চীংগী মচুদা অশংবা
যেংলো লাক্লে শোন্নীংনা নমিনা
চাউনা লাংনা নীংযেংবু শুম্নাৎনা।

চেগী মোন মোনগী মনাক্তা
তোক্লো নঙম্তু ৱাখলবু হুনবা
তাউরো যাংনা মফোল ওইনা
নপ্রো যেংনীংলে লোৎলিঙৈ থৱান্না।

চিংনবরা নঙবু থাজদে নীংহুনা
লেপ্পরা লেংলরোই পেল্লোই উহুনা
ঈংহনগে পান্দমদা চেনশিনবা মালংনা
মতেংহুম পাংবদো উবদা নীংস্নানা।

১৯। ৭। ৮৫ ইং

## কাউথোকই 'সিদদি কাউথোকপা হৈনা

মাম্নদে মাম্নবোই তৈম্রে মীৎযেংনা
হন্নকপা থৃদিংগী ঐঙোন্দা তত্তনা
যেংল্লুদে শেম্বনি ইশাবুদি নোংমতা
খেন্নরবা কাযাৎ কযানা পূন্নগা।

কনানা ইবদা কনানা শকপদা
তোঙাল তোঙাল্লি খরনা শূবদা
উকদে লেংলম্মা পূক্নীংবুদি মালংনা
মাগী উদবা লংলাদা লৈরাংগুম্না।

যুম্লিবা থাবিবা করিস্থু খেন্নদেদা
পরাম যাওদ্রবা হকচাং অতুদা
তীন্নবদা নত্তবা মচাক্তুদি মবীনা
মৈদা ঈশিংদা নুংশিত্তা লৈপাক্তা।

'সিতগী রাতুনা মাবু থেম্নীংনা
'লিংলমদাই লৌবুক্কী লানগুম্বা উকাযগা
থুংলমদাই মতমগী খূকবা খূবাক্কা'
যেংনকই কুইনা অচীকপদা ঐনা।

তমথ্রবনি রারীদো মতুগীস্থু কূপ্না
লৌননবা হায়তুনা লম্বীগী অথূপ্পা
তোংলতুনা ঈংনা লৈচিলগী নূহপ্তা
কাউথোকই 'সিদদি কাউথোকপা হৈনা।

১৪।৮।৮৫ ইং

## হে কবি নঙ্গী ৱাহৈদা

উখিবা যাওখি মযেক কয়া
উপালগুম্না ঐনা কংবা লৈতবা
য়েন্নীং হুল্লহ্নুনা ঋতু খুদিংদা
হে কবি নঙ্গী ৱাহৈদা।

কালেনগী মৈশাদা পোখাগে ৱাখল্দা
উকময়গী ভাওরবা মীগুম্না ঐনা
শকচখি হৌনা কযা হরাউনা
হে কবি নঙ্গী ৱাহৈদা।

উরুমতা পীবিবা ওইরমদে পাম্বীনা
লোৎলম্মী কযা শিংথাগে ভম্রদবা
খল্লকই খঙলকই নক্লদি যেংলবা
হে কবি নঙ্গী ৱাহৈদা।

মীওইবা কৌবা কাঙলুপসে পুন্না
অমুক্তং উজ্রবা ফংলবদি নীংনা
ফম্নুবা থোক্রবা উৎলকই শেংনা
হে কবি নঙ্গী ৱাহৈদা।

লোৎলিস্নু ভাঙলকই মৈরীদো ওমহুনা
থিল্লকই মীৎযেংনা থম্মোয নুংঙ্হুদা
খাম্মুদি থেংনদে ঐনা ঙরা
হে কবি নঙ্গী ৱাহৈদা।

১৮।৮।৮৫ ইং

## ঐনা শাগৎলি থম্মোয় অমা

ঐনা শাগৎলি থম্মোয অমা
খ্বাইদগী চাউরবনি হাযনা থাজনা
অব্রা অনং কয়াগী মরক্তা
লেঙ্গোম্নবা খূৎশম্নবা চংমিন্নবা লৈরবা।

ঐনা শাগৎলি থম্মোয অমা
খ্বাইদগী নুংশিরবনি হাযনা থাজনা
অব্রা অনং কযাগী মবক্তা
লেঙ্গোম্নবা খূৎশম্নবা চামিন্নবা লৈববা।

ঐনা শাগৎলি থম্মোয অমা
খ্বাইদগী তাঙলবনি হাযনা থাজনা
অব্রা অনং কযাগী মবক্তা
লেঙ্গোম্নবা খূৎশম্নবা শূমিন্নবা লৈরবা।

ঐনা শাগৎলি থম্মোয অমা
খ্বাইদগী চম্লবনি হাযনা থাজনা
অব্রা অনং কযাগী মবক্তা
লেঙ্গোম্নবা খূৎশম্নবা শকমিন্নবা লৈববা।

ঐনা শাগৎলি থম্মোয অমা
খ্বাইদগী ফববনি হাযনা থাজনা
অব্রা অনং কয়াগী মরক্তা
লেঙ্গোম্নবা খূৎশম্নবা নোকমিন্নবা লৈববা

২৩।৮।৮৫ ইং

## নকমনবনা মাঙগ্রবা য়ুমগী অঙ্গীংবা

যেংলো তাম্না হো আশা
যেক্লো জগৎ মূর্ত্তি ওইনা
থম্লহুনা কোরৌবু থম্মোযগুম থবাক্তা
ফুম্লহুনা থাজবু পুক্লীংগুম খোযদোলা।

খল্লো যৌনীংনা ঈংনা চীক্লা
থরান অমদগী থরান অমদা
কৌবেনে এ্রবুস্থু অনৌবা গ্রহনা
লাক্লো হৌনা খূৎ হৎনহুনা।

অম্লক্তং যেংলবা উদবা ঈপাক্তা
উগনি নঙস্থু অহাঙবা কৌবনা
ঙাক্লিদো ঙম্মক থেংনীংনা ঙমহন্দা
চিংনমু কোযবি নৈনা শোযহন্দা।

পুবোবা থীল্লমু হো আশা
যেংহল্লো পৃথী যম্মুক্তা চাউনা
শোলহল্লো মুংশিনা মীৎলুগী পিবাংগা
পাংগেস্থু নিল্লবে থক্কৎনা থম্মোযনা।

নকমনবনা মাঙগ্রবা য়ুমগী অঙ্গীংবা
উমনবনা চনগ্রবা মযাইদো অকনবা
যংহল্লো নঙনা মণিগুম মাঙখিবা
কাউবরা যেংসি হেক্তা লাযনা।

৩০।৮।৮৫ ইং

# খঙহনগে হায়দুনা তাইবঙগী নুংশিবা

খঙহনগে হায়দুনা তাইবঙগী নুংশিবা
যোকপিরি অঙাংবু খোয়াংনা অঙৌবা
নীংহনগে নীংহুনা মহৌশাবু চেংনা
তাহল্লি মমিদো মীংস্নাদা ঈংনা।

তাকপিগে হায়দুনা তাইবঙগী নুংশিবা
পীবিরি পাঙ্গলবু চীঙ্গারা অচম্বা
উহনগে খন্দুনা মালেম্বু অশেংবা
যেংহল্লি পূকচেন্দো পানেমগী অতম্বা।

হৈগন্দে হায়দুনা তাইবঙগী নুংশিবা
চাওহল্লি নহাবু নুপীগী রাখলনা
নৌগন্দে শাউহুনা কোবৌগী মৈশানা
তাহল্লি রাবক্তো পন্থৌগী অকনবা।

ফাওহনগে হায়দুনা তাইবঙগী নুংশিবা
শন্দোক্লি ইমিদো মালংদা উদবা
পাংবিগে হবাউনা নচালনা চিংহুনা
থলহল্লি নওংদা খেন্না খেন্ননা।

ফোঙগন্দে হায়দুনা তাইবঙগী নুংশিবা
তম্বিবি মযেক্না অস্থম্বা অকবা
চোংখনৈ অহুবু লমখাঙদা অযাম্বা
পীবিদে পুন্সিনা মপোক্পি কাযদনা।

১১ । ৯ । ৮৫ ইং

# খন্দবনা হংলকই ৱাহং কয়া

খন্দবনা হংলকই ৱাহং কযা
খন্থবনা পীরকই পাউখুম ওইনা
ঙাওমল্লিকো ৱাখল নঙসে অঙাংগুম্না
হাঙহল্লি য়াম্না হাঙদ্রবস্থ যাবদা।

পাউতাক্তো তাববা ফজবা অৱম্বা
উরকই হৈগুম্না হৈখোক্তো লোযরবা
পৈশিল্লে অহুগা চাংদম চাংদম্নহুনা
ৱাহল্লি যাম্না ৱাদ্রবস্থ য়াবদা।

লৈনমদি লৈকোলগী ফংজবা ঙমদনা
চিংথোকই মীৎযেংবু লৈকংগী শক্তম্না
ঙকইবো ৱাখল নঙসে লাইমা
খলহল্লি যাম্না খল্দ্রবস্থ য়াবদা।

শোক্লবা কনাবু কোনখৎকে লাক্লবা
খঙই শোক্লবনি মীথুস্থ যৌনা
লাউনীংলে 'সিগীস্থ নতৌদো উবদা
ঙাঙহল্লি যাম্না ঙাঙদ্রবস্থ যাবদা।

যেংতা যেংলকপা মীৎযেংদা ফুমখিবা
ৱাহংলা পাউখুনলা লোত্তুনা লৈখিবা
খলহল্লি 'সিগীস্থ অওকপা নাইদনা
ঙাওহল্লি যাম্না ঙাওদ্রবস্থ যাবদা।

১৯। ৯। ৮৫ ইং

## হায়দ্রি ঙসিফাও খাম্রশি মান্নুনা

উচেক্লা পাইরি লৈচিলবু য়েংহুনা
উবদা তন্নীংলুই ইশান্থ য়াওদনা
শিন্নবি তন্দুনা প্রতিত্তি কন্বীদা
হাযদ্রি ইবনি মযেকস্থ কলম্না।

মুন্দুনা তাবি রাবীদি ভুংঙাইবা
উপাল রাপাল শা ঙা
কযাগী ঙক্লবা শেমজিন শাজিনবা
হাযদ্রি 'সিদদি পাঙবনি ইশাদা।

ঙম্বগে কবিবু তম্বস্থ তাইবঙনা
মীংযেংদা নাযেংদা তোপতোপ্পা অত্তপ্পা
চাকচা যুথক্তা কানদনা লীদবা
হাযদ্রি 'সিদদি মান্ননি নান্ননা।

নৈননি ফম্রি রাখলদি লাপ্পনা
অননা চীংদোন্দা অমনা ঈনুংদা
নোরবি উবদা বংশিগুম কবিনা
হাযদ্রি লেপকেদং লাম্বা বংদবদা।

তানীংনা তাদবা অম্ভম্বা অঙ্কদা
পানখি থরায থরাযফাও পান্দবা
ঙাওখি ঙাঙহনখি তোপ্পা তবক্লা
হাযদ্রি ঙসিফাও খাম্রশি মান্ননা।

২১।৯।৮৫ ইং

## শকনরে তাইবঙস্নু থৌদাংনা লাইশোনগুম্মা

শক্লগে ঈশৈসিদদি হৌনা অমুক্তা
নঙ্গী নশাইকোন্দা হে অচীকপা
লাক্তশন্নু তাদশন্নু তাইবঙ কনানা
খাম্নিস্নু চিংনৈ থিংউ থোঙ্গালদা।

থোক্লো স্নুর নঙস্নু কুঙশিল্লবা
পুনগুম্বা হকচাংদগী লৈতাম্না শাগুম্বা
যেংলো নীকলক্লে উদবা খূৎশানা
চেনথ্রে ইকাইবা লৈতরে ননাক্তা।

অহাঙবা লমদগী থাপ্ল তাম্লবা
মীৎস্না শক্লবা নুমিৎ থানা
যেংলিনে শেল্লিনে অহীংনা নুংথিলনা
শকনবে তাইবঙস্নু থৌদাংনা লাইশোনগুম্না।

খল্লিদা মিংশেলস্নু মহৌশাগী মচুনা
উনা ব্রানাগী শক্তমতনা শেম্লবা
কান্নবোই যেংলুন্নু থেম্লি লীক্লীদা
তোংজরোই তক্লি মীৎকুপকী থম্মোযদা।

নুংশিবা ঙম্বা নুংশিবগী অশেংবা
শক্তম অমস্নু শাগৎলি নুংশিরবা
লীক্লা খল্লত্নুনা লাপ্না যেংলগা
লৈবেনে থিন্দুনা মীৎযেংনা হোংঙমদা।

৩।১০।৮৫ ইং

# মতম অমা লাকখিনি ভাইমুদা

মতম অমা লাকখিনি ভাইযুদা
থরায ওইবা নঙবু খাঙউদা
মৈনি অশাউবা উং ওন্ননবা
খঙউ খুদম্নি অহলবু লূকহন্নিবা।

উরনি যোং যোংপাক্তা ওইনা
কাযবনি রাখল হৈগুম মুন্নগা
যোকচবা ঙন্নবা লুনা চান্নদা
তুংশিনবা কযাদো শেলগী মহুত্তা।

যেংলনি মচেত্তা লৈদৌবা কাঙবুনা
থাগৎলোই কনাস্থু অযোননা পোৎকুম্না
থোক্লনি অর্থস্থু কুম্মিদো যেংলগা
তাইবঙগী মবক্তা শান্নবিবসে ঈংনা।

পাম্লুনু মাযথোঙ সনাগী অবংবা
নীংঙন্নোই মমৈদা ভান্দুনতা তোক্কনবা
হংলুনু হৌফমস্থু হৌনদি লাউবগা
কৈদৈনো খন্দনা রাহৈর্গা নীঙেন্দা।

উবগা থৌদাংসে খ্বাইদর্গী নৈববা
থল্লনি খুবাংনা শূনীংবা পাঙনীংবা
মহুনি মিংশেল তক্ত্রবস্থু যাববা
অরাৎপা থৌবাংবা করিস্থু লৈত্রবা।

৪।১০।৮৫ ইং

## যৈ যৈ শেগাম্মখিবনা হেন্না

তম্মু তাখিগে নশাগী ৱা
তোক্লো মীগী চীনফাতা পুবা
ঙম্নগা ঙাঙজু মহুক্তো শিন্দুনা
লূম্না খল্লগা তাইবঙগী ৎইনা।

উদবা শক্তমদা শাদোং ওইবা
খুন্নাইস্থ ঙাইবি খূবাংদো তিংথুনা
চাবা যেংলগা কনাগী কলমদা
খজিক্তং চিংখংলবদি লেপ্লতুনা পূক্লীংদা।

মুখংলো মিং কবিগী খোল্লিবা
শিজিন্নবা হৈতবা পোংশক্তম উববা
থোগংসি থোদাংদা পকশিন চুশিন্নবা
তাইবঙ মীগী চূপকনবা থম্মোযনা।

লৌথবো ফোটো যৱাংদা থেংলিবা
মমি যাওদবা মমিগী মঙংদা
মুন্নতা যেংলেনে কবিস্থ মান্দনা
যৈ যৈ শেগাযখিবনা হেন্না।

ল্লোত্তুনা যাল্লিদো উইহনা উনাদা
অমুক্তা খনববা নিংঙাইনি অচম্বা
ন্নুংশিনা যেংলিদো লৈবাংস্থ লৈনাদা
নোংমতা শোনবরা কেজবনি থরাযনা।

৮।১০।৮৫ ইং

## লেপ্তবা য়ারক্তরে ঐ মফমসিদা

লেপ্তবা যারক্তরে ঐ মফমসিদা
লাপ্না লাক্লগা যেংলে লম্মুক্লবগুম্না
উৎপিরো থৌরী অমত্তং অকনবা
হোৎনগে অমুক্তং হুনগৎপবা হুম্ববরা।

মপোক্কী লৌবক উনি তমদ্রবা
কুইর কুইবগা সনাগুন লংদৌবা
লৈহৌবে লমদম ঙমখৈগী রাংমদা
উংনক্লে মসিনা মতুগী ওন্নবা।

চংখবো নঙ ঐগী ইকাইবা
শানীংলে মফমসিদা ঐ অঙাওবা
হৌগংলো থম্মোয নঙস্থ য়ুমগুম্বা
লাক্লে পোথানীংনা রাখলসে চোকথববা।

যেংহনখ্রে কুম্মি কযাস্থ হুংওনবা
তোকখবে নীংঙমদনা থুম্নগতা 'ফজববা'
অতুগা যেংলুরি হৌজিকস্থ কন্না
হানৌসে মহুৎলা যেন্নীংগী মতমদা।

ইখরে শিন্দুনা ঈগীস্থ মুক্লা
ঙকখরে কযা মানবনা নঙনা
ঙম্নমদরি যেংজবদি চৎনবীসে ঐনা
থুগাযহুনা কুপ্না যাম্না কুপ্না।

১৪।১০।৮৫ ইং

## ইশানা ইশাবু ইশক খঙজদবা

থম্মোয়সে মতোম্মতা শিংলে খল্লিবা
খূবাংগুম্বনি অহুগুম্বা খুনাউবীতা পানবা
থৌদাং অমত্তম্ নীংথিনা পাঙঙমদবা
ইশানা ইশাবু ইশক খঙজদবা।

পূকচেলসে মশানা মশাবু থাগৎচবা
খূবাংগুম্বনি অহুগুম্বা খুনীংথৌতা পানবা
থৌদাং অমত্তম্ নীংথিনা পাঙঙমদবা
ইশানা ইশাবু ইশক খঙজদবা।

রাখলসে মীবু মীওইনা লৌদবা
খূবাংগুম্বনি অহুগুম্বা খূৎযাইতা পানবা
থৌদাং অমত্তম্ নীংথিনা পাঙঙমদবা
ইশানা ইশাবু ইশক খঙজদবা।

মীৎযেংসে থাজগী মতৌগুম ঈংদবা
খূবাংগুবনি অহুগুম্বা খুদোম্বীতা পানবা
থৌদাং অমত্তম্ নীংথিনা পাঙঙমদবা
ইশানা ইশাবু ইশক খঙজদবা।

লিংজেনসে অচুম্বগী চেৎনা লেপ্তবা
খূবাংগুম্বনি অহুগুম্বা খুবীতা পানবা
থৌদাং অমত্তম্ নীংথিনা পাঙঙমদবা
ইশানা ইশাবু ইশক খঙজদবা।

২০।১০।৮৫ ইং

## কিদে কনামত্তা ঈশ্বর নত্তনা

মীওইবা পুম্বনা পুন্না শেন্নবা
উদবা মূর্ত্তিদা ইকোকসে নোন্দুনা
লাউরুই ঐস্থ নোংমা খঙহৌদা
কিদে কনামত্তা ঈশ্বর নত্তনা।

মীওইবা পুম্বনা পুন্না শেন্নবা
মিংলেন্দি থোন্দবা শক্তমদো উত্নুনা
লাউকই ঐস্থ নোংমা খঙহৌদা
কিদে কনামত্তা ঈশ্বব নত্তনা।

মীওইবা পুম্বনা পুন্না শেন্নবা
মালেমসে শীল্লিবা খুৎশাদা যেংত্নুন।
লাউরুই ঐস্থ নোংমা খঙহৌদা
কিদে কনামত্তা ঈশ্বব নত্তনা।

মীওইবা পুম্বনা পুন্না শেন্নবা
অতিযাদা ওল্লিবা মীৎযেংদা থিন্দুনা
লাউকই ঐস্থ নোংমা খঙহৌদা
কিদে কনামত্তা ঈশ্বর নত্তনা।

মীওইবা পুম্বনা পুন্না শেন্নবা
নুংশিবা থম্মোযদো চেৎনা কোন্নীংনা
লাউকই ঐস্থ নোংমা খঙহৌদা
কিদে কনামত্তা ঈশ্বর নত্তনা।

২৩। ১০। ৮৫ ইং

## হায়নৈ খঙনৈ মীৎয়েংসে য়েংলগা

চম্লবদি নঙ চংলকউ ইনাক্তা
ফয়ো মাঙদা ঐগা মীৎচাননা
হাযনৈ খঙনৈ মীৎযেংসে য়েংলগা
লৌগে চাংযেংদো ঐস্তু ঙম্বরা।

থাজো খঙলে মমিংতং পাবগা
নীংজো খোয়ে চিথ নাম্ববা
হায়নৈ খঙনৈ মীৎযেংসে যেংলগা
লৌগে চাংযেংদো ঐস্তু ঙম্বরা।

কাযদে লানবা চিংনবা ঙাঙদবা
খোকই থেংনবা মচিস্তু কুইরগা
হাযনৈ খঙনৈ মীৎযেংসে যেংলগা
লৌগে চাংযেংদো ঐস্তু ঙম্বরা।

শাজৎস্তু যেংহৌনি রাংলিঙৈ লুমত্তুনা
কিজেৎস্তু খলহৌনি তুমিন্না তাক্তনা
হাযনৈ খঙনৈ মীৎযেংসে যেংলগা
লৌগে চাংযেংদো ঐস্তু ঙম্বরা।

তমত্নুনা তান্ননি ইমুঙগী রা
লীত্নুনা কোন্ননি খোদোক্তো হৌখিবা
হাযনৈ খঙনৈ মীৎযেংসে য়েংলগা
লৌগে চাংযেংদো ঐস্তু ঙম্বরা।

২৫।১০।৮৫ ইং

# কবম্বা মতমদা মীৎয়েংসে মাম্নবা

হাযখ্রে 'সিদদি মযেদ শেংনা
ব্রাইে হাযবসে পুবকপনি খোঞ্জেলনা
খঙলমদ্রি কূপ্পদি কবিনা শেপ্লিবা
খোঞ্জেল হাযবদো হুকচাংদগী থোক্লিবা।

চত্রুনা থেংনরে উবনদবা কযা
শাগৎকে লাম্রুরে ব্রাখলগী খূৎশানা
ভৎপদি ষাওবমদে শংলিংঙ হৈখোক্লা
লৈহল্লি যেংদ্রুনা পীবিদে খঙদ্রিঙৈদা।

পাম্বীনা লেপ্লিদো অক্নম্বা মশাগা
তাইবঙগা চংনৈদো ব্রাখল মযামগা
উংঙনদে চাংদমদি কযা খেন্নবা
বাউথোকই হেক্তা উকমদো যংবগা।

ব্রাপলস্থ লাউনক্রে লাপতক্লা লেপ্লিবা
কযাদি কুংলে কৈথেনগী মতৌগুম্না
করিগী নোল্লিবা মপূং ফাবশিংনা
কবম্না ভাঙনবা লূক্তবা কাঙবুনা।

মনিনি কুম্মেসে খুন্নাইগী অশেংবা
শক্তম্মি শেলস্থ পোৎকী অক্নম্বা
মওংনি যুম্না উপালগুম উনবা
কবম্বা মতমদা মীৎযেংসে মাম্নবা।

২।১১।৮৫ ইং

# অশাউবিনি হায়রক্কনু ঐঙোন্দা অপঙবা

অশাউবিনি হাযরক্কনু ঐঙোন্দা অপঙবা
হরাউনি লংনবিয়ু ঐবু অঙাওবা
য়ানীংদে থেম্লবস্নু মীনি অশিংবা
পীবিদে ঐঙোন্দা খনবগী অরেপ্পা।

মন্নিদো অতিযাগী থেংনরে ঈশিংগা
গুরুনি লুরম্মি অথেনবা মফমদা
থাজদে হুন্থনি লৈতুমদো অকংবা
পীবিদে ঐঙোন্দা খনবগী অরেপ্পা।

উহৈদো উরক্লে লৈমাযদা কেল্লকপা
চাংদম্মি হেক্তা কনাগী ঈশৈগা
থম্মোয লৈখোক্তা লৈবাংগুম পোমলম্বা
পীবিদে ঐঙোন্দা খনবগী অরেপ্পা।

লম্বীদো যৌরক্লে অখোযবা চুমদবা
কোরগনি কিহল্লি থেংজিনবা পুখবা
মাঙখরে কৈদনো পুক্লীংগী উদবা
পীবিদে ঐঙোন্দা খনবগী অরেপ্পা।

রাগী পোন্দা চীক্লা শেমজবা
চেনশিল্লি অমুকস্নু তোংনীংনা অক্লাদা
পাইবদি যাদেকো থামজৈ ইতোম্মতা
পীবিদে ঐঙোন্দা খনবগী অরেপ্পা।

১৮।১১।৮৫ ইং

## ঙম্লোইদৌরি মীওই অমত্তস্থ্ উম্নরম্বা

লাক্কে খনখি নোংমা ঐনা
ব্লাকং অমা পুত্হুনা ইমা
তেনমল্লি নচাগী পুন্সিসে পীবিবা
ঙম্লোইদৌরি মীওই অমত্তস্থ্ উম্নবম্বা।

লাক্কে খনখি নোংমা ঐনা
ব্লাকং অমা পুত্হুনা ইমা
তেনমল্লি নচাগী পুন্সিসে পীবিবা
যংলোইদৌরি মীওই অমত্তস্থ্ ফমম্নিবম্বা।

লাক্কে খনখি নোংমা ঐনা
ব্লাকং অমা পুত্হুনা ইমা
তেনমল্লি নচাগী পুন্সিসে পীবিবা
যংলোইদৌরি মীওই অমত্তস্থ্ কোযম্নিবম্বা।

লাক্কে খনখি নোংমা ঐনা
ব্লাকং অমা পুত্হুনা ইমা
তেনমল্লি নচাগী পুন্সিসে পীবিবা
যংলোইদৌরি মীওই অমত্তস্থ্ চাম্নিবম্বা।

লাক্কে খনখি নোংমা ঐনা
ব্লাকং অমা পুত্হুনা ইমা
তেনমল্লি নচাগী পুন্সিসে পীবিবা
ঙম্লোইদৌরি মীওই অমত্তস্থ্ খঙনবম্বা।

২০।১১।৮৫ ইং

## ব্রাদে ঐ ব্রাদে করিমত্তা

ব্রাদে ঐ ব্রাদে করিমত্তা
যেংলিডৈ নঙনা মালংগী মীংযেংনা
লেপ্লোই হোৎননি পাত্রসে থন্নবা
নঙগী ব্রাখলনা শীন্থখিবা মবীক্লা।

ব্রাদে ঐ ব্রাদে করিমত্তা
চিংলিডৈ নঙনা মঙালগী থূংশানা
লেপ্লোই হোৎননি পাত্রসে থন্নবা
নঙগী ব্রাখলনা শীন্থখিবা মবীক্লা।

ব্রাদে ঐ ব্রাদে করিমত্তা
থেম্লিডৈ নঙনা নিবরা খোন্থাংনা
লেপ্লোই হোৎননি পাত্রসে থন্নবা
নঙগী ব্রাখলনা শীন্থখিবা মবীক্লা।

ব্রাদে ঐ ব্রাদে করিমত্তা
শুম্লিডৈ নঙনা ঈংলবা তম্পাক্তা
লেপ্লোই হোৎননি পাত্রসে থন্নবা
নঙগী ব্রাখলনা শীন্থখিবা মবীক্লা।

ব্রাদে ঐ ব্রাদে করিমত্তা
ব্রারক্লিডৈ নঙনা পুব্রীংদা চঙহুনা
লেপ্লোই হোৎননি পাত্রসে থন্নবা
নঙগী ব্রাখলনা শীন্থখিবা মবীক্লা।

২৬। ১১। ৮৫ ইং

## হায়রুরে ৱাসে হংহৌদনা হায়হন্নীংদরা

ফাওখিবগুম তৌখি ঐঙোন্দা কনানা
হেক্লকপগুম হৈদো ৱাংনা কাহ্নুনা
খুঞ্জবতনি ঐদি ইচম চম্বা
হাযকুরে ৱাসে হংহৌদনা হাযহন্নীংদরা।

খঙইদা লাকখি নঙ মালংগুম্না
ইল্লকখি ইথূৎ করিনো পাযত্নুনা
উহৌদে ঐনা হোৎনা হোৎননা
হাযকুবে ৱাসে হংহৌদনা হাযহন্নীংদবা।

যুম্বীগী মমিনি চুমহল্লি অশেংবা
মসিবা মযেকস্থু লমচৎকী লৌনীংবা
ঙমহন্দে ঐতদি যেংজবা নূনবা
হাযকুবে ৱাসে হংহৌদনা হাযহন্নীংদবা।

ফংলেদো হরাউখি করিনো খন্দনা
ঙইবমদে অমত্তা যেংলে অনৌবা
থোক্লেনে যৈবগুম মচেত্তং পানবা
হাযকুবে ৱাসে হংহৌদনা হাযহন্নীংদবা।

অফবা অমগী কযানো চিংখৎপা
ওন্নবা অত্নুগী কযানো চিংখবা
অসিস্থু তাইবঙনি পানীংলুই ঙম্বরা
হায়করে ৱাসে হংহৌদনা হায়হন্নীংদরা।

২৮।১১।৮৫ ইং

## জগোই শাবীদো উরি মীৎয়েংনা

জগোই শাবীদো উবি মীৎযেংনা
থেক্লা নৌনা ফিজেৎ লৈতেংদুনা
কনাস্থ যাওদে মতোম্মতনি মতোম্মতা
কোযনা যেংদুনা ঐখোয মযাম্না।

তাম্না লৈহৌববী থৱাযনা পাইবক্তুনা
লেপ্পবগুম ঙক্লুবে ঐদি মাঙদা
শুপ্পা উরদুনা মাতা ঙাযগুম্না
ফম্পাক্লা মান্না মালেমগী অশংবা।

ঈশৈগী মযেকস্থ পংশেং শেংদবা
অনেম্বা তাম্বাদা যম্ব্রনা নঙ্কাংপা
থোংহনখি থম্মোয় ঐ খঙহৌদনা
যেম্রকখি লৈনম স্থরগী মুংশিবা।

নত্তেদা শা'মুবা 'স্থম্না খমুবা
মীৎযেং নাযেংনা কাযনবগী কনাগা
থম্লো ফুমদুনা পুক্লীংগী পুক্লীংদা
ঙাওজগে মতুদা ফংজগে অপেনবা।

শাংনা ঙাওনীংলে যাম্লকপা মন্দোবা
তেন্না তোকথোক্লে ৱাংহৌবা চিথবা
থোকই তোয়না যেংলগে নঙ্গীদা
লেপ্পনু শারক্লো শুঙ্কংপা তাম্বাদা।

২৯।১১।৮৫ ইং

## লৈরাং পাম্বী থাজবম্বনি ইমা

লৈরাং পাম্বী থাজবম্বনি ইমা
লুরবা পূক্লীংদগী ফুক্কুনা লৈকোন্দা
মীৎকী পি মবীক মরীক্লা
খিকচখি চাইজখি উহৌবনি মালংনা।

লৈরাং পাম্বী থাজবম্বনি ইমা
লুববা পূক্লীংদগী ফুক্কুনা লৈকোন্দা
চম্রবা খোম্থাংনা হাব ওইবত্তুনা
খিকচখি চাইজখি খঙহৌবনি মালংনা।

লৈবাং পাম্বী থাজবম্বনি ইমা
লুববা পূকীংদগী ফুক্কুনা লৈকোন্দা
অশংবা অতিযাসে শম্বল শাবিনবা
হাযজখি শোঙখি তাহৌবনি মালংনা।

লৈবাং পাম্বী থাজবম্বনি ইমা
লুববা পূক্লীংদগী ফুক্কুনা লৈকোন্দা
মতনগী খোঙলৈদা মুমীং থাদা
হাযজখি নোঙখি খঙহৌবনি মালংনা।

লৈবাং পাম্বী থাজবম্বনি ইমা
লুরবা পূক্লীংদগী ফুক্কুনা লৈকোন্দা
থেঙলবা অহীংদা শেংলবা অতিযাদা
নিজখি নোঙখি উহৌবনি মালংনা।

১।১২।৮৫ ইং

## ঐদি মীদুনি চেদা হুম্নীবা

ঐদি মীহুনি চেদা হুম্নীবা
ঈশিংগুম লৌহুনা লৈখোমদা কুম্নীবা
থিল্লকপা ঙাইহুনা তুম্নবা মচিনা
থম্মোয় যৌনা শোকহনবা ঙম্বা।

যাওখি হুন্দোকপা অখেনবা কয়া
লুরগতা য়েংই হকচাংসে চিংথবা
চৈঙাক্লা ফংদবা লৈরোনগী লৈরোন্দা
ঙাইহাক্কী রাখল পক্কবা মফমদা।

থোকখি কনশিনবা করি করিগুম্বদা
ঙম্লক্তে থুগাইবা থম্মোয়সে হোৎননা
থাঙখি ঐনা করম্না মতমহুদা
সুরমু খোল্লাউমু খোঞ্জেল মান্দবা।

ফোঙখিবা চীনবাম্না উবিবা 'পানগুম্না
তাঙলবা রাহৈনা লীক্লীগী মনুংদা
করিনো অসিবু শোকপদি য়াদবা
পুন্সিবু মালহন্না অরায়বা মশান্না।

মখল মখেল মীৎয়েংগী মাঙদা
তোক্লগে যেংলবোই থনখিগে লুক্লা
য়াদে হুনখিনি অরুবা ঈশিংদা
যেংখিনি থেংবরা পূক্লীংদা পানবরা।

১০। ১২। ৮৫ ইং

## অইবা উইল অমগী মনুংদা

পাম্নবা শুদবা তম্মু চাদবা
কাউবমাল্লে মসে কনানা হায়বস্বা
নত্তে নীংবরা 'সিবু রাহৈগুম্না
উবা ঙমদবা তুম্নবা তাগুম্না।

লাউবা চেনবা পূম্নমক মীওইবনা
খঙদমাল্লে মরম অশেংবা কনানা
নত্তে থূম্নক্লে রাখলসিগী ঈথরা
থিংবা ঙমদ্রবা নোংলৈ নুংশিৎকুম্না।

মতুম অমনস্তু কুইনা লোৎলুববা
তাবে লাউবক্লে ওম্নগে থুঙ্গংগা
নত্তে খানদে অস্তুক যাম্বনা
লৈত্রদৌনা রাহৈ থম্মোযবু শুম্নাৎপা।

কনানো চৎকনু নঙস্তু মন্দিবদা
থিংহৌবে শম্বলনা পাম্বোমগুম কন্না
নত্তে শোঙ্গবনি 'সিস্তু পূক্নীংনা
তুনিন্না তপ্না নিঙ্গ নোঙ্গনা।

তারকপদা লাইনি ফোঙনা হাযজবা
মমীৎ মনা লংখৎলত্নুনা মান্না
নত্তে য়েংনীংত্নুনা শদোংদো চাদবা
অইবা উইল অমগী মনুংদা।

১৩।১২।৮৫ ইং

## লৈ ৱাহৈ কয়া তাঙলবা

লৈ ৱাহৈ কয়া তাঙলবা
মীগী থম্মোয়নুংদা তার তাবহুনা
লামশিল্লু যেংশি অচম্বা ৱাখলনা
ফংনি শোযবোই কবিস্থ তিংদনা।

পুন্সিগী ৱাবী নুংঙাই নুংঙাইববা
অঙাং ওইবিবৈগী নুংশি নুংশিনবা
লামশিল্লু যেংশি অচম্বা ৱাখলনা
ফংনি শোযবোই কবিস্থ তিংদনা।

উংলু চীনবান বীনাগী তাবগুয়া
নীকশন্নু খাঙডমদা মালংগী চৈথেংদা
লামশিল্লু যেংশি অচম্বা ৱাখলনা
ফংনি শোযবোই কবিস্থ তিংদনা।

'থাবগা লা-বনি শেলদি অশেংবা'
লৈহৌবি অতৈস্থ লংল লংলবা
লামশিল্লু যেংশি অচম্বা ৱাখলনা
ফংনি শোযরোই কবিস্থ তিংদনা।

মীযামদো লাক্লবা ঈথকুম হৌববা
কযাদি হবাউবা অস্থম্বা যংলবা
লামশিল্লু যেংশি অচম্বা ৱাখলনা
ফংনি শোযরোই কবিস্থ তিংদনা।

১৬। ১২। ৮৫ ইং

# ঙসিদি পুন্দুনা থমগনি নোকনীংবা

ঙসিদি পুন্দুনা থমগনি নোকনীংবা
থাদোক্লোই খঙনি শীংনগে নঙ্গা
তিন্নৈ পুন্সিগা কয়া কুইনা
হংখিনি খুম্মু অশেংবা ব্রা।

মীৎকুপকী অব্রাবা পোপহনবা মাগীদা
চৎপবা নঙব্ খোঙথাংদো যাঙনা
ওস্থোক্কে খন্দুনা ওন্ননা যেংলবা
হংখিনি খুম্মু মূক্তুনা লৈববা।

খোঙথাং খূদিংগী হৌখিবা মতমদা
যংলম্নি লংজিন খোযদাবা পাম্নজবা
উৎখিবা যাওববা নঙ্গীমক মান্দুনা
হংখিনি খুম্মু থাঙফম্নি লৌদব্রা।

মতমগী ঈচেলনি মাঙদা লেপ্তবা
তাউদবা থৌদোক কৌশীংগুম নথক্তা
নীংশিংবা কোঙ্গোইনা ইঙক্তা থুববা
হংখিনি খুম্মু চেনখৎকে ঙম্ব্রা।

চানীংবা পোৎপু থমহ্নুনা তুংদা
চানবা যাওবরা নীকন্নু হৈননা
শিল্লবদি মহুৎস্নু সনাগী মচুনা
হংখিনি খুম্মু লুপাগী করিনা?

৩০।১২।৮৫ ইং

## কনানা হায়রিবা কয়া য়ান্নবা

কনানা হায়রিবা কয়া যান্নবা
ঐগী মীত্তনা অস্নুক লীক্লিবা
লেপহনসি য়েংশি ফিজেত্তং যেংলগা
মথং মনাও পরেং অনীদা।

পাইবিবা উচেক শা ভা
যামদে যামদে ঐগী মীৎয়েংদা
পুনশিনশি যেংশি মওং মওংদা
মখল মখা পবেং অনীদা।

রাংলবা উদগী নাপীফাও অনেম্বা
উরেনে লীক্লতা ঐগী মীৎযেংদা
খাইদোকশি যেংশি অচৌবা অপীকপা
শাৎপা শাত্তবা পবেং অনীদা।

তোঙখৎপা কৃত্থবা উবা উদবা
লৈপাক্লি ঈশিংনি ঐগী মীৎযেংদা
চাংদমশি যেংশি অথোৎপা অকনবা
থমত্নুনা মান্ননা পরেং অনীদা।

ঙাঙলিবা তোক্লিবা ফোঙবা ফোঙদবা
ঐগী মীত্তনা অস্নুক লীক্লবা
খাইদোকশি যেংশি খোঞ্জেল্লা খোম্থাংলা
শুবা শুদবা পরেং অনীদা।

২। ১। ৮৬ ইং

## নুং ঙাক্তনি তারিবা তোর্ব্বানসিদা

নুং ঙাক্তনি তারিবা তোর্ব্বানসিদা
মরক মরক্তা চামথোক্লে ঈথক্লা
থকহল্লি মশেক্লা শাববা কালেন্দা
লীক্লাগী মতৌগুম নিংথমগী অযুক্তা।

কথোকথিবগী ৱাবী তেল্ল তেল্লবা
থৌনা ফবগী কাউবা ঙম্লবোইদবা
যাওবি তারি হৎল হৎলহুনা
মণিগুম ঙাংলপ্পা লংল লংলবা।

লমনগী থৌদোক থম্মোয কাযদৌবা
কুইব কুইবগা নৈচাক্তুম হেন্দৌবা
যাওবি তাবি হৎল হৎলহুনা
হীবাগুম শংলপ্পা লংল লংলবা।

নীংজবা কনবগী মীওই লাইওইববা
চন্নবা পুন্সি পোঙজবা হৈতবা
যাওবি তারি হৎল হৎলহুনা
মুক্তাগুম ঙৌরপ্পা লংল লংলবা।

পান্থোমহুম মাল্লকই ল্যাপতক্লা যেংলবা
কুচুস্থ শেংলবা পূক্নীংস্থ শুম্নাৎপা
লেপ্পনা চাল্লকই লাইজনা অক্কবা
করিদি ওইকনি অসি নত্তনা।

৩।১।৮৬ ইং

## লৌদবা খূৎসিদা কনানো হাপ্তোবা

লৌদবা খূৎসিদা কনানো হাপ্তোবা
থাংদবা খোঙসিদা কনানো চিংদোবা
লালহৌবনি ঐ মসিগী অফোংবা
চোংথোকখিবা যাই নোংমদি ইতোম্মতা।

অর্থ যাওদবা ৱাহৈ নুংশিবা
থিংনি শীজিন্নবু খক অউবদা
লালহৌবনি ঐ মসিগী অফোংবা
চোংথোকখিবা যাই নোংমদি ইতোম্মতা।

ইকুবা পাবিবা পুন্বা মীওইবনা
থাজবো খূৎননি নত্তে অতোপ্পনা
লালহৌবনি ঐ মসিগী অফোংবা
চোংথোকখিবা যাই নোংমদি ইতোম্মতা।

চাবমুক চাউবা পাপসিবু লৈবরা
তৌগদবনি অফবা থবক্তা কোক্লবা
লালহৌবনি ঐ মসিগী অফোংবা
চোংথোকখিবা য়াই নোংমদি ইতোম্মতা।

উৎলোইদনা উৎলিবা ভাঙলোইদনা ভাঙলিবা
ম্নারোই তোক্লোই যেৎখিনি লেপ্তুনা
লালহৌবনি ঐ মসিগী অফোংবা
চোংথোকখিবা য়াই নোংমদি ইতোম্মতা।

৫।১।৮৬ ইং

# ইমাগীসু ইমা শক্লবী ইমা

চৈখিদে ইমা ঐ পূক্লীংদা
ৱারৌন্নু কৈদৌন্নুং ওইরম্নি ৱাখলনা
থেমঙম্লোই নতৌদা ঐগী থ্ৱপচবা
ইমাগীসু ইমা শক্লবী ইমা।

শাউখিদে ইমা ঐ পূক্লীংদা
চিংনন্নু কৈদৌন্নুং ওইরম্নি ৱাখলনা
থেমঙমাই নতৌদা ঐগী নীংজবা
ইমাগীসু ইমা শক্লবী ইমা।

থিংখিদে ইমা ঐ পূক্লীংদা
হংন্নুনে কৈদৌন্নুং ওইরম্নি ৱাখলনা
থেমঙম্লোই নতৌদা ঐগী কিজবা
ইমাগীসু ইমা শক্লবী ইমা।

ঙাউখিদে ইমা ঐ পূক্লীংদা
খন্নুনে কৈদৌন্নুং ওইরম্নি ৱাখলনা
থেমঙম্লোই নতৌদা ঐগী পেঙবা
ইমাগীসু ইমা শক্লবী ইমা।

চিংনদে ইমা ঐ পূক্লীংদা
থাদোক্নু কৈদৌন্নুং ওইরম্নি ৱাখলনা
থেমঙম্লোই নতৌদা ঐগী থোইজবা
ইমাগীসু ইমা শক্লবী ইমা।

৮।১।৮৬ ইং

## নুংশিনা জগৎপু অনী শুদ্রবা

কৈদৌঙৈ থম্মোয়না খোযদাবা পোক্কবা
অশেংবা কুম্মৈদা মানা পেনগবা
খল্লে তোক্লদবা মমিগী মনিদা
ইযাং যাংখত্তনা তুংদা হন্দুনা।

কনানো ইনশিনবা হন্দুনা চেন্নবা
থুংবগী মহুত্তা হেন্না লাপথোকপা
হৈননি হৈগেবা উদবা মাযবৈদা
তম্লো নঙবু ঐঙোন্দা অশেংবা।

কৌস্থ বৌনা লাকস্থ লাক্লা
হেন্না হেন্না থৈদোক লাপথোকখিবা
উত্থনা যাওত্থনা হৈনীংবা পোক্তনা
ক্ষত্রবা নুংবংনা মাযথোঙদো লূক্তুনা।

লোইখিবদা থুনা ঈশৈদো নুংঙাইবা
উবিদবনা মীৎযেংনা ঈহৌদো হৌবকপা
চাংদম্নবগী নঙবু নূংগা কনানা
যেংলরোই ৱারৌনা মাযথোঙদো খুম্ববা।

শোক্লম্লো খূত্তুদং মরুপকী চান্নবা
থেংনবে নীংত্থনা তাইবঙ পূম্বা
চঙলক্লো অত্থগা যেংলরো কাযদোংদা
নুংশিনা জগৎপু অনী শুদ্রবা।

১০।১।৮৬ ইং

## হংলুই ঐনা নোংমা অঙাংদা

হংলুই ঐনা নোংমা অঙাংদা
অতিযাগী মওংসে তাকলম্মু খঙবরা
চেনখি নেখৎলম্লগা পীক্লবা খোঙত্নুনা
চুবিগী কোঙ্গোলদো ঐবু খলহন্নবা।

হংলুই ঐনা নোংমা অঙাংদা
লৈপাক্কী মওংসে উৎলম্মু খঙবরা
চেনখি লংশিল্লম্লগা খাংদো অকাযবা
মচেৎ অমত্তং ঐবু খলহন্নবা।

হংলুই ঐনা নোংমা অঙাংদা
সহরগী মওংসে হাযবম্মু খঙববা
চেনখি থিল্লম্লগা ঐগী মাযখোঙদা
পীক্লবা খুত্তুনা ঐবু খলহন্নবা।

হংলুই ঐনা নোংমা অঙাংদা
লল্লোনবগী মওংসে খোৎলম্মু খঙবরা
চেনখি তৌখোক্লম্লগা পাযখিবা চৈহ্নুনা
তোঙবরা খোত্তনা ঐবু খলহন্নবা।

হংলুই ঐনা নোংমা অঙাংদা
পুন্সিগী মওংসে থিল্লম্মু খঙবরা
চেনখি য়েংলম্লগা নাকথগী পোন্দুদা
চেক্লা মরিদো ঐবু খলহন্নবা।

১৪।১।৮৬ ইং

## পাইখিদুনা য়াঙনা নঙোন্দগী লাপ্পা

পাইখিদুনা যাঙনা নঙোন্দগী লাপ্পা
যেংলকপা থোক্লবা থবানগুম থবাযনা
উৎলনি নঙবু কবম্বা শক্রমদা
খল্লুবে তোযনা ঐনা থিংহৌদা।

থবান তবেংনা কোচি শাববা
সপ্তর্ষি মণ্ডলদগী ধ্রুব যাওদুনা
যাম্নদবা লৈতেংগুম ইবং লংনা
খল্লুবে তোযনা ঐনা থিংহৌদা।

থৃংহৈবা কনানা কুপ্পা চিংদুনা
হৈনা কোল্লবা সনাগী ঝিঙ্গবনা
লৌববা মবীনা মালংদা উদনা
খল্লুবে তোযনা ঐনা থিংহৌদা।

খোংজোম নুবীনি তাইবঙনা শোন্নবা
থবান তবেংনা লৈতেংদো শেমদুনা
শুক্মংবে যোনবনা অনম্বা শিঙ্গেংদা
খল্লুবে তোযনা ঐনা থিংদৌদা।

নিংথৌ তুবেলগী কোম্বোঙ তমদুনা
কাল পুরুষকী চৈশাং পাযদুনা
চংলিদরা লৈহেকপা কনা কনা
খল্লুবে তোযনা ঐনা থিংহৌদা।

২৩।১।৮৬ ইং

## অঙাওবনি ঐ নোকনবা য়াদবা

পোংবা কোন্নবা ফাবা লাযববা
মীতুবুদি নাশোন্থং ফংবদা উবোইদবা
থাদোক্লগা অঙানবা মফমদা যেংলপিবা
অঙাওবদুনি ঐ নোরবা যাদবা।

হাঙ্গাইদুনা হুন্দোরম্নগা মফমদো মোংথ্রবা
ঈংগ্রি শিংলবা ইমুংত্রদা ন্নুংশেলগুম্বা
তকথোক্কে চংলুবা ফি তাখংলুবা
অঙাওবদুনি ঐ নোরবা যাদবা।

ঙাওনবা চীনবানগদি ঙাওনবা কিবদুনা
নৌববা কৌগী মশাদা নাল্লদুনা
রাবী শান্নবিবা মবৈ যেংনবিবা
অঙাওবদুনি ঐ নোরবা যাদবা।

থিবকপদা ঈশিংগী যাওদবা নানবা
থেংনবনা পাত্রদা মচুগীনা নম্না
লাউনকরে কংলবা খনাউগসু নোংমা
অঙাওবদুনি ঐ নোরবা যাদবা।

মীযাম অমদসু মুক্তিদা থুকমহৌবা
ওনশিন্দুনা নোম্নরগা মখোযগা নান্নদা
তম্নবে ঙাওলকপনি হাযদুনা থুংশানা
অঙাওবদুনি ঐ নোরবা যাদবা।

২৩।১।৮৬ ইং

## হীংগুম তাঙলক্কনি পান্দোংসে লাইরবা

হীংগুম তাংলক্কনি পান্দোংসে লাইববা
লোৎশিলহৌ চ্যেকশিন্না তাক্লম্মী কবিনা
হাযবক্লে নোংমা পৃথ্বীদা উমংনা
তাহৌরে ঐতদি মযেক শেংনা।

নোংমা নোংমগী ফুক্তোক্লি ধর্ম্মনা
লৈরোই লেপ্পা তাক্লম্মী মুনিনা
হাযরক্লে নোংমা পৃথ্বীদা উমংনা
তাহৌরে ঐতদি ময়েক শেংনা।

যেংউদো পাউরৌ তূম্নি ফমুংদা
লোইরে হৌরক্লবা তাক্লম্মী লৌশিংনা
হাযরক্লে নোংমা পৃথ্বীদা উমংনা
তাহৌরে ঐতদি মযেক শেংনা।

মোংশোং ভাক্লিবা ভাংগী মখাদা
খোৎকনি ফৌরাদা তাক্লম্মী যেনবীনা
হায়বক্লে নোংমা পৃথ্বীদা উমংনা
তাহৌবে ঐতদি মযেক শেংনা।

ইমুং অমগী ৱারীদা পীক্লবা
ঘাখিরোই মুন্নিদা তাক্লম্মী ৱাখলনা
হাযরক্লে নোংমা পৃথ্বীদা উমংনা
তাহৌরে ঐতদি ময়েক শেংনা।

২৪। ১। ৮৬ ইং

## কবিতানি মদু ঐনা থিরিবা

শোক্লবা থম্মোয়দগী থিংঙ্গবা সুবদা
খোঙ্জেলগী তালগী অথিংবা নমথেক্কুনা
তাবা যংলবা ঈশৈ অমা
কবিতানি মদু ঐনা থিবিবা।

খঙলনি মতোমতা ঙাইহুনা লৈবা
চুমলন্নি লোইনা কুইনা খাঙবা
ঙম্নবোই ত্যববা ৱাহৈ অসিতা
কবিতানি মদু ঐনা থিবিবা।

ঈশৈতগী হৰাওববা নঙবু তান্থা
তম্বীদবা থৌদাংদদি মশাগী তোপতোপ্পা
যাববোই যেংলবা ৱাহৈ অসিতা
কবিতানি মদু ঐনা থিবিবা।

হবচীক লাংলিবা কনাদস্ম ৱাহুনা
থৌগৎ ৱাহৈগী মতৌদা যন্ত্রনা
খোংলম্বা থোক্লবা পূন্নীং হুনা
কবিতানি মদু ঐনা থিরিবা।

ৱাহৈ অনীসিস্থ হিংবা হিংদবা
উহনবা পোশক্রুম হৈনা ওল্লকপা
ফের লৈত্রবা খলদা তম্লকপা
কবিতানি মদু ঐনা থিরিবা।

২৫ । ১ । ৮৬ ইং

## কৌরকখিনু ইমা লাকখিরোই নচা

কৌরকখিনু ইমা লাকখিরোই নচা
থৌদাংনা খাম্রি খূজেংদা যান্দুনা
মতম্না থিংলি শম্বল শাদুনা
লাকখিন্নুকো ঙম্লোই শান্নফম লম্পাক্তা।

চংলম্রি লাপ্পা যেংলম্লোই নক্পা
হেক্তা পাখংপা তোক্লো লেপখ্নবা
তেক্কবি শম্বল নাক্তা কোযবিবা
লাকখিন্নুকো ঙম্লোই শান্নফম লম্পাক্তা।

চিরোল হৈবা মালংগী পাউদমদা
থাজদুনা নঙনা খংনরম্লি কনাগা
হাযবা ইন্দবনি রানবা লাউদুনা
লাকখিন্নুকো ঙম্লোই শান্নফম লম্পাক্তা।

তশেংনা শোক্লবা থাঙবা ঙম্নক্রবা
যেংখংলু মথক্তা মীৎচানৌ অাতযাগা
তম্নক্লি থাক্তা ঐবু উবিবা
লাকখিন্নুকো ঙম্লোই শান্নফম লম্পাক্তা।

মতম কুইনা মাঙলুববা তুংদা
ফংনরে অমত্তং তক্লিযে নোন্দুনা
লোইবগা হল্লক্লি ইখোঙনা থোংনা
লাকখিন্নুকো ঙম্লোই শান্নফম লম্পাক্তা।

১।২।৮৬ ইং

## কল্লক্লগা লোইরেদা পুন্সিদো পোথাখিদ্রবা

মঙলান অমা মঙলম্মী অহীংদা
তমথোক্কনু রাশকহল্লম্মী ঐবু কনাদা
কবি থোক্কনি খঙববা কাঙথোক্লুবদা
কল্লক্লগা লোইরেদা পুন্সিদো পোথাখিদ্রবা।

পূক্তা ফুন্দুনা নীবল্লবা রা
হৈদোক্লগে লেপ্রবা ঈশিংগুম্না তেংনা
যংনি নীত্নুনা লংজিন্দো লাযনা
কল্লক্লগা লোইবেদা পুন্সিদো পোথাখিদ্রবা।

নীপুম খূদীংমক পৃথ্বীদা উবিবা
তৌশিন্নবা যাবক্তুবা নীংকুপ্পুদা নোংমা
হৌবকখিনি লেপ্পুনা চন্দনা মান্ননা
কল্লক্লগা লোইবেদা পুন্সিদো পোথাখিদ্রবা।

অচৃম্বা নঙসে কয়াদা লাপত্রবা
যমদা তাদ্রিদৈ খক উহৈদবা
পুন্সিগে খল্লবা মীনা থুংঙমদবা
কল্লক্লগা লোইবেদা পুন্সিদো পোথাখিদ্রবা।

মনা মথুম নীওইবনা যংনবিবা
উরক্লবা মতনহুদা উযুলগুয়া মীত্তা
খঙদে তুজুংখিববা লৈপাক পৃম্বনা
কল্লক্লগা লোইবেদা পুন্সিদো পোথাখিদ্রবা।

২।২।৮৬ ইং

## অনীদগী হেন্না শক্লুবা ঙম্মোইদবা

অনীদগী হেন্না শক্লুবা ঙম্মোইদবা
পাঙ্গলদো থুনা হেক্তা চোকথবকপা
মীৎযেংদো খঙহৌদনা কীন্থ বাযথবকপা
পীবীযুকো নঙনা মফমত্তুদা থ্রৈঙোন্দা।

মোমগী মঙান্না কোযশিনবা যম্পাক্তা
ঈশিং চোৎকুপ্পা থম্মোয দোসিনা
মঙালগী মশেক অমত্তং উঙম্বা
পীবীযুকো নঙনা মফমত্তুদা থ্রৈঙোন্দা।

অত্তুক্কী মতীক যুমজিল্লগা ফজবা
খঙদবা থম্মোযদা শেনহৈ শাহৌদবা
চিংশিল্লকপা ঙম্বদদি ঈ পূব্বা
পীবীযুকো নঙনা মফমত্তুদা থ্রৈঙোন্দা।

ঙম্মোই থেম্বা হল্লোই খঙলমক্তদা
নুংথিল পোবোম্বা হৌদাক্কে হোৎনবা
থ্রাখনত্তুদা ঙাওজবা লৌশিংদো কাউদবা
পীবীযুকো নঙনা মফমত্তুদা থ্রৈঙোন্দা।

অকাযবা অসুম্বা তাম্বাদা মুংঙাইবা
লৈয়েংনা কবিস্থ যোঙলুবা ঙনদ্রগা
পিনা পাথোক্লবা মীৎযেংত্তুতদি উৎঙম্বা
পীবীযুকো নঙনা মফমত্তুদা থ্রৈঙোন্দা।

৩।২।৮৬ ইং

## তানুকো উনাগুম অথৌবা ময়াদা

চৎলুখি নোংমা চীংনুংগী লম্বীদা
খ্বাঙচেৎকুন লাক্লিবা লাপ্পা যেংবদা
থেংনখি কীম্থবা লৈঙোই ভৃমগুম্না
ঙাকহৌই চোকপলনা লোংথোকপা খূৎকুম্না।

অমুবা চীংনাযদা অঙৌবা উৎনা
থকহনখি ইনীৎ উনগী মতৌগুম্না
উনংবু অশোঙবা কনাগী তু-গুম্না
নালহৌই থেংহৌই অঙ্গংবা নালংনা।

চীংদোন অমদগী চীংদোন অমদা
খাংদুনা চেৎলিবা উদবা কনাগা
যেংলকই দৃশ্য তম্পাকী নুংশিবা
চেংখত্তুনা খজিক্রুং অরাংবা থন্দুনা।

নোংঙ্গী মতনদা চুপহৌবা লাইজগা
নালংনা তম্লকপা অহেনবা শক্কা
ঙনীনা পূন্দুনা উৎলকই অতাঙবা
মীংযেংদা লুমহন্না তোযনা হৈজিন্না।

চীংবগুম নীংদুনা হৌখিবা অহৗংদা
তুমশিৎ ফাদনা হল্লকপা থম্মোযদা
ইশিং শিংহল্লিবা নঙসে অনৌবা
তানুকো উনাগুম অথৌবা ময়াদা।

১৩। ৩। ৮৬ ইং

## খোঙ্গুল কয়া কয়া লোনশিল্লবা

খোঙ্গুল কয়া কযা লোনশিল্লবা
হাযদোক্কে মতু হৌমিন্নবা পাম্বীন।
যুনগী মনুংদনা কযা কুংশিল্লিবা
ওইবম্বা যাই মফমতুদা চাউরকপা।

জীব কযাগী খেন্ন খেন্নরবা
খল্লুই লুপথদবা লৈনুংগী লৈনুংদা
কবি থোক্রবা ওল্লেদো হৌজিক্কা
উকই তোং'গুম্না উশাদা চেক্লানা।

অসি ফাওবদা উনীংবা উদবা
অঙৌবা মথক্তা লেপ্তুনা লৈংম্বা
তমসিবা 'সিবু খঙনীংবা মাঙোন্দা
উবগা হংদৌবা মাগী মফমদা।

চীংদোল কযাস্থ শারক্লে মযেন্না
তোংতুনা যেংহনগে থন্দুনা লাপ্পা
সিভিগুম কারবা অশংবা যেংতুনা
খল্লুই যাই থাংবা হৌরদরা।

লৈকুং লৈরাই লুর লাওরবা
থৈদোকপা হৈববা চোংবা ঙম্লবা
যেংনরকপা যাই লমজেল হৈবা
নিল্লকপা যাই খূবাক্কী মনিলনা।

২৭।৩।৮৬ ইং

## তম্বিথ্রবা পাড়ানি মসে কনানা

তম্বিথ্রবা পাডানি মসে কনানা
ফাদবা যাদে হাযদুনা তত্তনা
অতুমক্তদা ভাঙনৈ হন্না হন্না
থাজো যাদে লান্দৌবি ঐনা।

ভাঙলি ভাপ্রবগতা অঙাওবা ব্রা
নৈতে কবিস্থ ভাণ্ডবমুক তুংভাইবা
উদে অতোপ্পা মামুক যেংনীংবা
থাজো যাদে লান্দৌবি ঐনা।

পিরি লোতুনা অউপ্পা ভৈনা
যেংলি চিংনবা খুবাক্তা থমতুনা
লৈরমদে কবিস্থ পুক্নীংনা ফংদবা
থাজো যাদে লান্দৌবি ঐনা।

তোংলি খোইমু অঙাওবা চেদা
উখি ঋণবী মাঙখি শূনবা
লোইবে লংলগা তুংগী ফিজেত্তা
থাজো যাদে লান্দৌরি ঐনা।

পাম্বোমগী মঙান্না হিংজবা কনাদা
অউবা ফিজোল ফৌহামগুম থোক্লবা
করি মরা হাম্নবা পৃক্তা
থাজো যাদে লান্দৌরি ঐনা।

৩০। ৩। ৮৬ ইং

## খঙদে হৌনবরা মসে ইবদা

তহীং চুপ্পা মুংশাগুম লৌতুনা
ফৌরুই থম্মুই খুৎই অমা
শজিক্কী মঙান্দনা তক্লুই পুথোক্লুনা
খঙদে হৌনবরা মসে ইবদা।

খজিক্কং শোক্লম্বা মফমদো তিল্লংনা
যেংতুনা মাঙখিবা মতমদো তেল্লবা
ফাওখি লেল্লুবগুম লুববা শুরুংদা
খঙদে হৌনববা মসে ইবদা।

লৈয়্রেগুম থোক্লবা নঙস্থ লৈকংদা
ঙাঙগে ঙম্রোইদা লাইজনা পনগুম্না
নেমখিনি উপালস্থ নাপীগুম লাপথ্রগা
খঙদে হৌনববা মসে ইবদা।

নাক্তা লেপখিবা গমলাগী পাম্বীনা
মতুদা উখিবা তোমখিন গুলাপ্পা
ঙাঙখি তাখিদো ৱাহৈগুম লৈনম্মা
খঙদে হৌনবরা মসে ইবদা।

'স্থম্মা খন্দুনা চম্মা ঙাওজবা
লুৱবা কয়ানা লায়না লৌজবা
তম্বিনি 'সিতা শোল্লিবা কলম্মা
খঙদে হৌনবরা মসে ইবদা।

১৪।৪।৮৬ ইং

## লাম্বোরকখিবা পন্দো ঙ্খাংনা চোংদুনা

লাম্বোবকখিবা পন্দো ঙ্খাংনা চোংহুনা
তুজংইদ। খল্লবদা হন্না য়েংলুবদা
থোববা তুম্নবা অকাযবা লীক্লীনা
যোমহৌধা মতোন্দো হৌজিকস্থু উরিদা।

খনগনবা ঙ্খাখলনা তথকপা মীংনেংনা
প্যাংখিবরা নীংশিংদে চৈশাং ওইনা
চেল্ল চেল্লগ। পৃথবকপদো হেন্না
কাউগে ঙম দদা হৌজিকস্থু উবিদা।

কযাদ। চ উহৌবা চোকপলদো চোক শনবা
ঙ্খাহংনে পাউখুমনে থাজ্রবোই থিত্তুনা
ঙকইকো লমদনদো নুংশানা থৈদোকপা
তাবিযে থম্মোযদা হৌজিকস্থু উবিদা।

থংনবা বুমশিংদ। থিংহৌবা শম্বলনা
চীংনক্লি ঙ্খাংহৌবা শক্তমদো লৌহৌবা
পাক্লবা ঈপান্না অমুকস্থু থংহৌবা
কাউদেলা মনাক্তা হৌজিকস্থু উরিদা।

শেম্ভোকপা ঙমদনা যাঙদা নপ্তুনা
ফুম্নবা ঙ্খাহৈ তারক্লে 'সিদদা
পীদবে করিস্থু মীৎয়েংদা খেন্নবা
তুজংইদা মফমতুদি হৌজিকস্থু উরিদা।

১৬। ৪। ৮৬ ইং

# ফম্লুনে নঙবু মাগী মনাক্তা

ফম্লুনে নঙবু মাগী মনাক্তা
অচীকপা কৌবা পাম্বীগী মকমদা
থৌদাকুই ঐনা নোংমা থম্মোযদা
তানিনে থেনজুনা রাবীস্থ নুংঙাইবা।

কৌবিস্মু তাকখি অরাংবা উইহনা
চিংখংলি থিনখি অবোঙবা মশানা
থৌদাকুই ঐনা নোংমা থম্মোযদা
তানিনে থেমজুনা ঈশস্থ খোযদানা।

মীৎযেংগুম যেংলিসে অশংবা মনানা
কোঙ্গোলগুম মাল্লিসে শৌবকপা অনৈবা
থৌদাকুই ঐনা নোংমা থম্মোযদা
যেংলুনে কোযনা মাগুম ঈংলপ্পা।

যেক্লুনে লম্বীস্থ রাশাংগুম পোপ্লপ্পা
চিংনবে মান্দবা ময়াযদা পোংলপ্পা
থৌদাকুই ঐনা নোংম্মা থম্মোযদা
উংলোনে কাউন্নুনে অনম্বা মালহন্না।

ঙাইক তানি তপ্লপ্পা খোঞ্জেন্না
'হেনবনি মাতনা নীংজবা কনবনা'
থৌদাকুই ঐনা নোংমা থম্মোযদা
তম্লক্লি তম্লোনে থাক্তনা ঐঙোন্দা।

২৯।৪।৮৬ ইং

## কৌবরুগুম তাদুনা লম্পাক্কী ময়ায়না

কৌবরুগুম তাদুনা লম্পাক্কী ময়ায়না
চংখৎবে নুপাসে নেংথাদনা।
থম্মোয়সে লুমপা নাপীশিং য়েংদুনা
কোম্মুক্তা হৌরিবা ঈশিংনা থূম্রবা।

চুম্মিনে চুম্মিনে যনম্বে নযাগদা
তোংতকপা অমদা চিংথৌগী ফিদাদা
য়েংলক্লে অতুগা মথক্তা অমঙবা
ঈশৈবা মীংয়েংনা পাক্লা হোংদবা।

খজিক্তং হৌগংলা যমথখি নিঙ্গাংনা
নান্দুনা শান্নখ থম্মোয়গুম ময়োন্দা
নানশিন্নে নুংশাস্নব ময়ান্না হৌদুনা
কুচুদো য়েংশন্নৈ হকচাংসে থৌংহন্না।

পেকখংলে লৈখোমস্থ মেংলিংয়ে থাডুনা
নতম্মা চৈশিনবা হোংখৈনেয়ে কন্নবা
নুংঙাইবি রাখলদি লেম্রেগুম অশোয়বা
যাবেদো নাম্নবপা খুত্তগী নাঙ্খোকপা।

মতৌদা পেন্দুনা অশাউবা কৌবনা
চঙশিনখি নেংকপনা সনাগী লূহুপকা
লৈহৌবি লেপ্তুনা থদিবা মৈবিনা
উখিনে তাশিন্না মতাইদা লাপ্পা।

২৯।৪।৮৬ ইং

## নখোয়গা মরুপ শান্ননীংই পুন্সিনা

'নখোযগা মরুপ শান্ননীংই পুন্সিনা
কৈদোগে কৌরকউ হৌনা অমুক্তা'
শক্তুনা লৈরম্মী উমংদা ওন্দুনা
শগন্দো চিংনা পুবকখি ঐনা।

'নঙ্গী পাউখোন্নি পাউখোন্নি লান্না
পাউখোন চৎপা নীনি লাউনা'
ব্রাকৎলি ব্রাকৎফম থোবপান খন্না
যুজিল্লি চৈশিল্লি থাজদে ঐনা।

'লাকলম্বা নতমদি উহৌদে ইমীংনা
থেংনবে থৌদাংদি তশেংনা পাঙলম্বা'
চোইত্রং পাক্রস্থ শোম্লনে মচীন্না
তানীংদে যৈথৎলি ইন্তাব ঐনা।

'কযা যাঙনা হল্লক্কবা নঙনা
উনক থাগ্রগা তাইবঙ মীওইবা'
খৎনৈ কনানো খুম্নকই 'মালংগা'
শোযবে শোযবে মেনশিনবি ঐনা।

'মীগী পূক ফাবতা ঙম্বা
খল্লুনে লাল্লকপা মীবু কোন্নীংনা
লোইরে হকচাংসে' খাম্নকই তুমিন্না
পেল্লে তোক্লো কোনখি ঐনা।

৩০ । ৪ । ৮৬ ইং

## ল্যাউনি ঈশ্বর ঐ হৌনা

লাউনি ঈশ্বর ঐ হৌনা
তাইবঙনা হেল্লি উদগী ৱাংবা
খঙ্জৌ লেপচৌ থাগৎলি হাযনা
নগুণদি যেংদা ইশাবু ইশানা।

খন্নি ঈশ্বর ঐ চেৎনা
তাইবঙনা হেল্লি উদগী পুন্সিবা
যেৎচৌ শাউজৌ থাগৎলি হাযনা
নতমদি পাদা ইশাবু ইশানা।

লেপ্নি ঈশ্বর ঐ লেঙদা
তাইবঙনা হেল্লি উদগী শিংবা
চৈজৌ নোকচৌ থাগৎলি হাযনা
মুন্নদি খন্দা ইশাবু ইশানা।

চোংনি ঈশ্বর ঐ হরাউনা
তাইবঙনা হেল্লি উদগী উবা
লংজৌ থাজৌ থাগৎলি হাযনা
যাঙনদি চেন্দা ইশাবু ইশানা।

শোন্নি ঈশ্বর ঐ পেন্না
তাইবঙনা হেল্লি উদগী ঈংবা
ফাজৌ ফুজৌ থাগৎলি হাযনা
লোইরেদি চৈনা ইশাবু ইশানা।

১।৫।৮৬ ইং

## ঙক্করা ঙক্লোইদরা অনৌবা মশেক্তা

ঐগী নৈজবা মরীক্তো পীক্রবা
থম্লরে ননাক্তা তক্কুনা ঙমজবা
চানবিবা চানবিদবা নঙ্গী পরেংনা
নত্তে মত্থ ঐগী রা।

পাম্বী ওইনা পোক্তোবা পুন্সিদা
উহৈ অমা উহল্লে ইমীত্তা
রাংহৌবা রাংদবা পামজবা মরূনা
নত্তে মত্থ ঐগী রা।

নীংবরু চেংলবা রাথল মযাম্না
উনি উশ্যানি মনা পূংলবা
ঙাকপিবা ঙাকপিদবা মতমগী খোঙলৈনা
নত্তে মত্থ ঐগী রা।

শূক্ল মম্লবা অহীং তাংলৌদা
মৈতালশুম পাম্বীনা তুমিন্না লেপ্পদা
হিংবা হিংদবা নঙনা চাংযেংবা
নত্তে মত্থ ঐগী রা।

অযুক্কী অঙনবা চেক্লাগী খোঙ্জেন্দা
তুম্লম্বা পৃথ্বীনা হৌরকপা মতমদা
ঙক্করা ঙক্লোইদরা অনৌবা মশেক্তা
নত্তে মত্থ ঐগী রা।

৪।২।৮৬ ইং □

## অরান অহুই চুমথোকচবা

যেংনা যেংনা অরানবা খবা থাউগ্রে। মখা মখাদা চুমথোকচরি :

| লামায় | পারেং | অরানবা | অচুম্বা |
| --- | --- | --- | --- |
| ১ | ১১ | লনা | লৈনা |
| ১২ | ১০ | পূল্লিংদা | পূক্লীংনা |
| ৩০ | ১৩ | থল্লাযনা | থল্লায়রা |
| ৩১ | ১৭ | ক"ল্লিবু | "করিবু |
| ৪৫ | ৩ | প্রতিত্তি | বর্তিদি |
| ৫৩ | ১০ | তাইবঙগা | তাইবঙনা |
| ৭৫ | মিংদা | পোখাখিদ্রবা | পোথাখিদ্রবা |
| ৮২ | ১০ | কোঙ্গোলগুম | কোঙ্গোলমুক |
| ৮২ | ১৩ | প্লোপ্লপ্পা | পোপ্লপ্পা |
| ৮৪ | ১৮ | মীবু | মীবুসু |
| ৮৪ | ১৮ | কোম্নীংনা | কোম্নীংবা |

## ভী আই পব্লিকেসন্স, ইম্ফাল

॥ যোঙলবা লাইরিকশিং ॥

খুমলেম্বম ইবোমচা ঃ

১। শন্দ্রেম্বী থোবল্লো নহুম পোঞ্জেন শাবীগে

( শৈরেংশিংগী থোমজিনবা লাইরিক , ১৯৭৩ )

লমাবম বীরমণি ঃ

২। পিল্লিক পিক্লিক

( রাবীমচাশিংগী খোনজিনবা লাইবিক , ১৯৮০ )

৩। চেক্লা পাইথ্রবদা

( রাবীমচাশিংগী খোমজিনবা লাইবিক , ১৯৮১ )

ইং ১৯৮৪ দা নেসনেল সাহিত্য একাদমী মনা অমসুং স্টেট কলা একাদমী মনা ফংলবা।

থাংজম ইবোপিশক ঃ

৪। নোরোক পাতান পৃথিবী

( শৈরেংশিংগী খোমজিনবা লাইরিক , ১৯৮৫ )

এলাংবম নীলকান্ত ঃ

৫। তীর্থ যাত্রা

( শৈরেংশিংগী খোমজিনবা লাইবিক , ১৯৮৫ )

নোংমাইথেম তোম্বী ঃ

৬। মণিপুরী সাহিত্যদা অনৌবা মীৎযেং অমা (১৯৮৫)

( মণিপুরী সাহিত্য অমসুং থিয়েটরগী নৈনবা রারেংশিং )

নন্দ হৈক্রুজাম্বা ঃ

৭। ঐগী মিং তাক্লীংদে ইমা

( শৈরেংশিংগী খোমজিনবা লাইবিক , ১৯৮৬ )